# তোনু লাইজিংলেম্বী



অইবা :—
সরাংথেম বরমনি সিংহ
সাহিত্য ভূষণ

# তোন্ লাইজিং লেম্বী

অইবা :—

সরাংথেম বরমনি সিংহ
সাহিত্য ভূষণ
চীংঙা মখা চনম পুখ্রি মপাল
ইম্ফাল।

ফংকম :--
ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং

 মমল লুপা ২৫/-



## শক্তম লাংখিবা এমা ডিঃ ইউক্লেগী আষ্টীশিং

**নুপা :—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | কদেং থাংজইনর্বা | — ১। | চান্দম গোপাল সিংহ |
| ২। | কদাং ঙারুংহনবা | — ১। | এলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ |
| | | ২। | „ মতিলাল সিংহ |
| ৩। | লাইজিংলাকপা | — ১। | মাইবম রামচরন সিংহ |
| | | ২। | চন্দ্র সিংহ |
| ৪। | ওকচিল্লাকপা | — ১। | নিংথৌজম তোম্বী সিংহ |
| ৫। | তোলোমখোম্বা | — ১। | চন্দ্র সিংহ |
| | | ২। | খাইদেম বিহারী সিংহ |
| ৬। | মোইরাং নিংথৌ | — ১। | খাইদেম দেবেন সিংহ |
| | | ২। | নীলমনি শর্ম্ম |
| ৭। | অমাইবা | — ১। | ঘনশ্যাম শর্ম্ম |
| ৮। | কৈন্নুম শঙলেন হঞ্জবা | — | ইবোহল, তোম্বা অসিনচিংবা |

**নুপী :—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | তোম্নু লাইজিংলেম্বী | — ১। | থম্বালঙৌবীমচা দেবী |
| | | ২। | তোন্দোন দেবী |
| | | ৩। | ইবেয়াইমা দেবী |
| ২। | থোইম্নু | — ১। | তোম্বী দেবী |
| | | ২। | অরুনা দেবী |
| | | ৩। | ইবেয়াইমা দেবী |
| ৩। | লাইজিংলাকপী | — ১। | গৌরমনি দেবী |
| | | ২। | মানবী দেবী |

ছাপা নম্ফম অমসুং ফোংজবা :
শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ প্রেস, ৫ শুবা থুংনম মে ১৬।৫।২০০৩
খা-ইম্ফাল কৈশাম লৈকাই।

# তোম্বু-লাইঝিংলেম্বী

## অহানবা মতাং

### অহানবা থৌংপা

**পুখ্রি মপাল লৈকোল. মতম- অয়ুক**

( পুখ্রি মপালগী লৈকোন্দা খাবা শম্বলদা য়েংতুনা শাংপা লৈরাংদা খোইমুনা ঙংলহুনা লৈহি চুম্লিবহু য়েংলগা তোম্বু লাইঝিংলেম্বীরাখলগী ঈপাক্তা ভাউহুন। অঙাঙবীগী মতৌ-ঙুম মতোমদা মুরুম মুরুম শোল্লি, মথ,ায় মুংঙাইহুনা নোবচৈ)

তোম্বু—( মতোমদা শোঙবা ) ঙসি ঐগী খোমলেন মঙলানচান অদুবু মঙগ্রেমম্মববু ওইগদ্রা ? শম্লিসো, খোমলেন মঙলানচান্দা মুংশি মিংয়েং মিংচাম্নবা তমব মহাকপু কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লৈরমগদ্রা ? পাখং মানা মিংচিনা হাইফেং হাইফেং য়েং, তুম্বক তুম্বক চিঙোয়নরম্বদো খোমলেন মঙলানচাননি খঙনা খঙনা পায়মা মুংদা কাউগে শুকঙম হেক ঙমদেদা। চিংঙু থাংঙ্মীং কোরেম্নাই, পাঙোই তাবা লাইনিংথৌ! খোয়ুম নঙনা কুবিহনা ভাইবং মালং পানসিদা পাখং মাগা অপাম মুংশি রায়থুংনজগে। (হায়না মখুৎ লোম্নহুনা খুরুম্মী। লৈ অমা হেক্লগা মনম নমহুনা ঈশৈ শকই)।

লৈরাং নওনা শাৎচবা
খোইম্মু মাশীবু নত্তবরা
খোইম্মু নওনা ওংজবা
শিঙেল মস্নুং লাংগীনি।
মুজা মঙলানচান্দা উজবা
মওগ্রেম হাগ্রেম্নহনবিগন্নু
লৈপুল খয়োম শেম্বদা
লৈরাং লৈচা শেৎপিগন্নু,
চিংগু লংলা পাদম্বদা
লংলা পরৈ তৎহনবিগন্নু,
পুন্সি খোওলোয় ওইজবা,
থাংজীং নওনা কুবিম্মু।

(থোইম্বু লুমহুনা ঈশৈ তাই। ঈশৈ শকপা হেক লোইবগা থোইম্বুনা করেম্নহুনা ঈশৈ শকই, তোম্বুনা শকহনলিংদহুনা থামগে হোৎনবদা থাম্বা ওমদে)

থোইম্বু— মরিংনা শাবা শংবাইবু
নামা হাওনা শাদেদো
চিংগুনা শেম্বা খুৎশেমম্নু
মাপা রাৎনা শেমদেদো
লৈরাংনা ফুগায়না শাৎলকপা ঈরোইনা
মালং মানা পাউথানা

শিঙেল পায়মা খোয়দাবা

ঙংলগনি খোইমু নৈপাম্বদো ।

খোইমু—কায়বা য়াত্রবা চিংঙু খুৎশেমনি, করিগী অতুক মুজা পায়মা খোয়রাংলুরিবনো ?

তোম্বু—খোইমু ! করিনোনে পায়মা মুংসে ওম্থোক্না খোয়রাং লিলাংব্রেদ্য ।

খোইমু—খুমাং খোংলু চামারক অরা অনা চাউগন্নু। পায়মা শিন্নৈ লোম্ববু পায়মা মুংদা থমগন্নু। থাঙবদা মকল্লু নিঙোল নশরুক লাকখিনিয়ে।

তোম্বু—পাশাংবী নঙবু ঐগী য়ারাসি অমুক্তদি তাখো। উনবি পুক্লিংসে তয়াং তশোইরে হায়মি।

খোইমু—নিঙোল পায়মা মুংগী রাখলদি খঙদবনা নতেঙ পাংসি পাংঙমদ্রে পায়মা থুপচামবিগন্নু। পাম্মু কনাগী মপাউনা মুংশি কনাগী চেংলৌনা নিঙোল উনবি পুক্লিং তয়াং তশোই-রিবনো ?

তোম্বু—খোইমু ! ওম্থোক্না খৈনা মুংশিদ্রে হায়মি। কাউগে তোংনৈ কাউবা সুকঙম ঙমদে। মাঙদা চপ চপ লেপ্পরে। তুম্বক তুম্বক চিঙোয়নরম্বদো কাউবা ঙমদ্রে হায়মি।

খোইমু—ঐখোয়গী ইবেম্মসে করিনোনে, পায়মা ঙাউবু ঙাউবরা ? ইবেম্মগা চিঙোয়নখিবা তমবদুবু কেগে য়ুম্নাকচা করিনো মোইরাং অঙম্বা কনাগী মপারিনো ?

তোম্বু—করিনোনে পাজোম্বীসিবু। মহু খঙলবদি করিগী পায়মা খোয়রাংজরুগবনো ?

খোইম্বু—কেগে য়ুম্নাকচা খঙম্রবসু কোলোয় মিংলেন্দি খঙদ্ৰি-নিদনা ?

তোম্বু—খঙদে হায়মি।

খোইম্বু—(ইঙক ঙকু না) হায়মা করিনো চিঙ্গোয়নবিব্রিবা য়্যারাসিবো, ঙকচরেদা শরিসো ঐদি। অহুক কুইনা মুংশি মিংয়েং মিংচান্নথগা তমব মাবু করিগী কোলোয় মিংলেন খঙবিহৌদ্রিবনো ?

তোম্বু—তাইবং মালং য়্যাবা নত্তে, খোমলেন মঙলানচানগী য়্যারানি হায়মি।

খোইম্বু—(মতোমদা ইশি শিনা নোকনা) করিনোনে ঐখোয়গী ইবেম্মসিবো ? খোমলেন মঙলানচানগী য়্যারাবু রাচান্নহুনা পায়মা খোয়রাংলদা অহুনদি তাইবং মালংদা উন্নবাদ নিঙোল নগাই থাহুনা নৈকায় পনবান লংম্নিয়ে।

(হান্নমা মরেংবান্দা থুহাক থাই মখোয় অনি নোকমিন্নৈ)

# অনিশুবা উৎপা

**লম্বী** **মতম—নুংথিল**

( কদেং থাংজহনবা, কদাং শেলুংবা রারী শাহনা লাকই )

কদেং — পাথৌ ইবুংঙো। নুংশিবনা খোঙাইহান শকখঙবনা তুং-ওইগৌই পায়মা খোয়দাকম থদ্রে। ইবেম্মা অয়াং লৈংগী রালোং কবোক পোকলিবী নুরা মাগী চেংলৌ শক্তম উবদা পাখং থমুং মুঙোম্না হায়নিং রানা ফিয়োমশা হায়দোকপদি ঙমখিদে।

কদাং— পাথৌ ইবুঙো! লৈরাং লৈকা ফল্লগা খোইমু শঙ্কু ইনবনি, হৈরাং চরোং চুল্লগা খোইয়াম ইনবা মশিননি। লৈরাং শক্লা হেল্লগা শিঙেল রাথোক ওইনৈদো, খোইয়াম য়ারা খোনফমদা শিঙেল রাথোক ওইহনা তোকনি,পায়মা খোয়দাবিরুম্নুনে পাথৌ।

কদেং— নিঙোল মঙংলাংগীদমক কেগে রাথোক ওইরবসু পাখং শয়েং পাজবু ভিংলমগে। নুরা মাগীদমক্তা চায়না খোংফেম্না ময়োং চুংফুংনা খোকলাং পামশিংনবা পায়মা নুংদা চিংনজদে।

কদাং— অপাম নুংশি পানদোংজিং থংজেন তাউজিং য়ানবনি। হৈরাং মাবু চাহনা পাখং পুকসু থলহৌদা তাউজিং

য়াবু কুমগদ্রা ? মুংশিরগা মরোইরে পায়মা করি রাখললো অপাম্বনা মরূরে করম্মা অরেপ্পা শরি ওইগনি, পায়মা রাখল তৌবিয়ুদা পাথৌ ।

কদেং— চিঙ্গোয়নবিবা য়াব্বা পুম্বা অরেপ্পনি খনজৈদো পাথৌ । অতুবু চিংগু নোংদমখোল য়েংনবা মুরা মপাউ হংগে পায়মা নুংদা খনজরে । তুংলমচংকী য়াব্বাদি চিংগু মাতনা খঙবিবনি, নমু তাইবং ঐখোয়না করিবু খঙগনি । (মতমসিদা তোম্বু থোইনু লাকপা উবদা ) চিঙ্গোয়নরিঙৈ কেগে সোরোক য়াংবিথক মুরা খোঙকাপ তমলক্লে । পাথৌনা মুংশিবিরবদি মুরাগী য়াব্বা মপাউ অমুক্তা হ বিয়ুপবা ।

কদাং— ইকায়খিবী মুরা ওইবীনা ঐ য়াওই খন্দুনা চিঙ্গোয় পাউথুমলক্কবা য়াই । অতুনা ঐহাক ফোইদিং চরোং মরক-সিদা রাংলেন ঙাহাক নাথু পচগে । পাথৌনা মুরা কোলোয় হংবিহৌ কেগে লৈকায় খঙবিহৌ । মুরাশিংসি য়ৌশিঙ্কক্লে, পাখং শিন্থা পাংথোকউকো ।

( হায়রম্মগা কদাং লোংখি । কদেংনা পাথৌ হায়না কৌহুনা তাম্নগে তৌবদা তোন থোইনু চঙলকই ।

থোইনু—(কদেং উবদা ঙক্কুনা লোম্না) হায়মা ! ইবেম্মা অয়্যং লৈমগী রালোং কবোক পোকলিঙৈদা থেংনখিবা খোমলেন মঙলান-চান্দা উথিবা মিত্তা নাতা মুংশি ইবেম্মনা ঙসাই চিঙ্গোয়নখিবা পাথংদু অমুক লৈরম্লে ।

( তোন্না য়েংথোকখিবদা কদেং উবদা ঙক্কুনা "হায়মা" হায়দোকখি। তোন্ কদেং অনি মমিং চাম্নে ইকায়নহুনা লুকথনৈ। মহু উবদা থোইন্না কদেংদা অমুক য়েং তোন্দা অমুক য়েংলগা কয়েম্নহুনা )

থোইন্ হাদা লৈরাং শকহেল্লন্ শিঙেল ময়েথোং লুরুক্লা মিংচিগী তেল্লনা তেলকাপ্পা তেঙ্গা থোংবা হৈবিন্ মালং মানা মতেঙপাং পাগদবা চেক্লাদদি পান্দা পানহৈদবা উরাংদা পান্দুনা চেক্লা মাবুম্থু ফাহৌদা লৈরাং মায়থোং শুক্লকপা ননাই থোইন্ য়েংবা ঙমজরোইয়ে।

তোন্— ( ইকায়বা উংতুনা ) ঈপাল থাগী ঈচেল্লনা চাংজো মাপা ম্বেংবগুম নংশি লাইজ ঈচেলম্থু পাম্ম্ চাংজো মাপালাং নংশি ঈপাক্তা তিনজবা চিংঙ্ থাংজীংনা কুবিসন্।

( কদেংনা পাউথুম পীবা ঙমদনা মরু লুক্কুনা লৈবহু উবদা কদাং লুম্ম্বদগী থোরক্লগা )

কদাং— কোরৌ মৈশা লাংবনা ব্লাংবল মৈচাক ফঙবদা ঈথৌ লাংলবা চেক্লানি। নংশি লাইজ ঈহৌরকপা চেক্লা মাগী মশরুকওই খবোম থম্না থকচবা চিংঙ্ থাংজীংনা কুবিসন্।

( কদাংগী রাহু ভাবদা হরাওহুনা কদেংনা "পাথৌ" কৌরগা কোল্লি। মহু উবদা তোন্ থোইন্ ইকায়হুন। মমায় ওনশিন্নে )

থোইন্ন—ঈখৌ লাংলবা চেক্লাও। ন্নংশি লাইজ ফচেলবু খৌরাংজি থয়োৎনগে খল্লবদি নুংশি লাইজ ঈহানদনা তোকনি পায়মা রাথল তৌবিয়ো।

কদেং—(ইকায়বা উৎতুনা) হৈপাল মানা হৈবেপফা তাউজিং চয়োং চুম্বিবা, লৈপাল মানা লৈরেপফা শিঙেল লৈশাৎ তম্বিবা চিংঙু থাংজীংনা কুবিসন্নু (বদেংগী রাহু তাবদা তোনু হয়াওদুনা থোইনবু কোল্লি)।

কদাং—শিঙেল লৈগী লৈমবু মালং নুংশিং মানা লৈরাং মাগী মতেং-ওই, থোইমু কাদা তান্নবা লৈরাং শাৎফমদি খঙতে। ককঙাউনবা থোইমুনা য়াংদৌ লম্মুক্লববু চিংঙু কনাগী খুজিননা থোয়ুম করম্বগী নোংদমনা লৈরাং শাৎফম খঙগবা।

থোইনু—লৈহি কাদা মীহোৌবা চৌংতাউ থোইমু লৈপাম্বং! লৈরাং লৈথোং খিবনা থোইমু নথৌ ওইবনি। পায়মা খুয়ৌ চেনবিগন্নু, থোইমু নকাদা লৈরাং শাংফম তাকচরমগে। (তোম্বনা শাউশিন্ননা থাম্বা শাশিন্নদুনা থোইনগী মফি পায়দুনা য়ান্নে) লাইজিংলাকপগী লৈকোন্দা তোমশাৎনবী লৈরাংনি। লৈরাং কোলোয় মিংলেম্না তোম্ব লাইজিংলেশ্বী কৌইদো। য়ুমথংনবা ইচেম ইনেমদা পাউথংবিরকউ, পাথং নতেঙ পাংজগে। (তোম্বনা ইকায়দুনা থোইন্নবু চিংদুনা পুখি)

কদাং—চিংঙু নোংদমথোল লাক্লে, লৈরাং শাৎফম থগলে, শিঙেল লৈখোং তম্নসি [হায়না কদেংগী মখুং পায়দুনা চিংই ]

কদেং— [ চৎখিবা মায়কৈদা য়েংলগা ] লাইজিংলাকপগী মমোম-লোই মুন্না কোলোয় মিংলেন্না তোম্বু লাইজিংলেম্বী ।

কদাং— ইচে, অঙাও তুরৈ চম্লেদনা। [ নোক্‌লুনা মতাওবু কোল্লি ]

---

# অহুমশুবা উৎপা

## লাইজিংলাকপগী মাঙোল মতম · নুংথিল

[ লাইজিংলাকপা লাইজিংলাকপী মাচোন্দা হ্বাৱ, শাই ]

লাইজিংলাকপা— চহী কুমজা কয়া চুপ্পা চিংঙু থুয়া খাদা তাউজিং চৈশিং চামা শিঙেল লৈশিং চামা কৎতুনা পারি ইমোম পোকে নিজবা চিংঙু মানা কুবিদুনা পারি শক্লা পীবিরবা ইমোম লাইজিংলেম্বী অসি কুমসি কুমজাগী চিংঙু থাংজীং হরাওবা হরাও মথোই কাবদা কেগে অঙম্বা কনাগী মপারি মোইরাং অথোবা কনাগী মমোমপা লাংলা পাদুনা চিংঙু থাংজীং লাইমাঙদা জগোয় খুৎথেক কংলগবা ? করিগুম্বা ইমোম্না

জগোয় খোংলৈ অমা শোয়খিবদা লাইজিংলাকপা তাংজ মায়রুক্কবা ঈকায় চরৈনবনিদো। ঙসি কোয়ৌ নোংদগী ইমোম জগোয় তনিগে।

লাইজিংলাকপী— নিঙোললাকপা মরানয়াই কোয়ৌশিংবুম থুদিংগী খোয়নৌ মতাশিংগা লোয়ননা জগোয় খুৎথেক তম্বা খোঙশাল্লিবনি।

ল'কপা— ঙসি কোয়ৌ নোংদগী ইমোমগী জগোয় শাথেক য়েং-শিনগে। কেগে লৈবাক মীমাঙদা লাইজিংলাকপা ঐ চোপকদে। ইমোম কৈদা খোঙশানখি।

লাকপী— কুমসি কুমজাগী ইবেম্মা অম্না' লৈমগী রালোং কবোক পোকপহ্ কেগে খোইরাংবম লৈকায়দা লৈরং মাপল শেম্লপা খুন্থক খুনথাগী চম্ব নিঙোল কেগে ঙাঙোই পাথং-শিংগা লোয়ননা রালোং কবোক পোক্কনি মপুগী সনা য়াথং পাউজেল ফংবদা ইমোম লাংলেনত্থ থোইম্বুগা মপু মনাই অম্বুকী তরা চাকঙল চারগা খোঙশানখি। কোয়ৌ রাংলেন রায়রকলে, ইরানয়াইদা হনরাইরক্লগনি।

লাকপা— ইমোম হল্লক্লগা মমা নঙনা থেমহুনা নৌহুনা জগোয় খুৎথেক খোঙথাং মিৎয়েং নায়েং কুপ্না তম্বিগদবনি। কেগে লৈবাক মীমাঙদা ইমোম চোপকদে। [তোম্বু থোইম্বু অনিনা হরাওনা চঙলকপা উবদা] ইপাগী লাংলেন চরৈন্নু, ইমোম নখোয় হল্লক্লব্রা?

তোম্বু— ইপা ইবুঙো ! [ ইমুংদা চঙগে তৌই ]

লাকপা— ঙাইখো ইমোম ! লোইজা নিঙোললাকপনা জগোয় খুৎথেক তম্বিবদি জগোয় খোঙচৈ খঙলব্রা খুৎথেক শুনা শারব্রা ?

তোম্বু— খঙজরে অপোকপা ।

লাকপা—ঙসিদি ইমোমগী জগোয় ইপা য়েংগে । চিংঙ্ থাংজীং লাইমাঙদা কেগে লৈমরোল তরেৎ খোয়মান লেংমাম্বী নতাশিংগা লোয়ননা কেগে যম্লাইবা অহং অথৌ ফমদৌ হুমফুমরি তিনবা নিংথৌ সনা মাঙদা মানা বৈদা হেনগনি ঐনা কৈদা রাংকনি মতাঙুম শাগদৌরিবা জগোয়নিদো ইমোম । ঙসিদি ইপাগী মাঙদা জগোয় শারো লাউ ইপা য়েংগে । [ তোন্ খোইন্ ইকায়দুনা ইম্নবা ]

লাকপী— ইমোম করিগী ইকায় চৈরেংরি । অশোয় কোঙ্গায় ইমানা তাক্কনি । ইরানরুংদা চঙদুনা চরৈ ফিজোন হো লুরো । [ তোন্ খোইন্ ইমুংদা চঙথিদুনা মফি মরোল শেংলগা জগোয় শাবা থোরকই ]

লাকপা – ইমোম জগোয় শা.রা, ইপা হোই লাউগে ।
[ তোন্ খোইন্ অনিনা ঈশৈ শক্লা শক্লা জগোয় শাই ]

তোম্বু— চিংঙ্ থাংজীং কোইরেল্লাই
খোয়ুম লাইও নোংদম্বা
নিঙোল লাইবক চাউবীনা
চিংঙ্ লাইমাঙ অসিদা
জগোয় খুৎথেক কচ্চবা
অয়োল অরান ঙাকপিয়ু।
নিঙোল ওইবী ঐখোয়না
চিংঙ্ খুয়াদা নিজবা
খোয়ুম নঙনা কুবিয়ু
শিঙেল লৈচল লাংদুনা
হৈরাং হৈখল হেক্তুনা
চিংঙ্ খুয়াদা কৎচগে
পলেম পম্বৌ অনিগী
পুন্সি তোলোই নুংশাংবা
নোংদম্ব নঙনা কুবিয়ু।
[ খুরুম্নগা জগোয় শাই ]

লাকপা— হোই হোই শাগৎসি শায়া শাগৎসি। চিংঙ্ কোলোয়্ অহেনবা খোয়ুম মঙাল নাইববু শৈশক্না ইপানা হোইবু লাউরগা শায়া শাগৎসি। খোঙগা খুৎকা চান্নসি, মিংলৈ নারৈ মান্নসি শায়া শাগৎসি। [ হায়না লাউই, অনিনা জগোয় শাই ]

# মরিশুবা উৎপা

**লম্বী** **মতম—নুংথিল**

( কদেং থাংজহনবা, কদাং শেলুংবা রারী শাদুনা লাকই )

কদেং— পাথৌ ইবুঙো ! নিঙোলগী পায়মা নুংগী রাখলদু নুংগাই লাইজ ঈচেলগুম ঈচেল ফাংলমগদ্রা খল্লুবদা পাথং রাখল লম্মুক্লরক্লে ।

কদাং— পাথৌ কদেং অখোৌবা ! মাঙলমচৎতা কদাং ঐনা চিঙোয়নখিবা য়ারাদু অরেপ্পা ওইরয়ে । নুরাগী চেংলৌ শক্তমদি উরু, নুংশি মপাউদি তারু, পায়মা নুংগী অরেপ্পা য়ারাদি ফংদা উনাবি পুক্লিং লাংতক্লনদা পাখং পোত্থাফম খঙলরোই । অখোৌবা লাইজ ঈরেল ঈপাক্তা মালং নুংশিংনা পুরা হিরেনগুম নুংশি মাগী ঈপাক্তা পাখং উনবি হিরেনবু হিমায় চুম্বা ঙমদ্রবরা ?

কদেং — পাথৌ ইবুংঙো নুংশিবা ! চিঙোয়নবিরিবা য়ারাদু অরেপ্পনি । নুরা মাগী নুংশি রাখলনা উইংবা খোৌরি ওই পাখং উনবি হিরেনবু তংতনা হিরি চিংলবলে, শামা পাঙল থোক্তরে ।

কদাং— মুংশি মাগী রাখলনা পায়মা খাং্গী মৈরায়নবদি মুংশি মাগী ঈংলবা য়ারা মপাউভনা নোংমদোল লাইজ লিক্লাগুম মুংশি খাম্বী মৈমুংকদবনিনে পাথৌ। পাখংগী পায়মা মুংদা খাম্বী মৈখু থোক্তনা নুংশি খাং্গী ওমচাক্লবনদি কাম্নরোই। নুরা মাগা মায়োক্লা চেক্লা চাগুম চিল্লিন্না পোম্বী চাগুম চিল্লোক্লা নিঙোলগী অরেপপা য়ারা মপাউ তাবনা পাখং নখোদাং ওইবিয়ু। নতেঙ পাংবা য়াবা রাংলেন্দা পাথৌ নতেঙ পাংজগে।

কদেং— পাথৌ য়ারা তাবদা কদেং পায়মা পেনজরে। নুরা মাগী মগাইদা খোঙশান্দুনা নুরা মাগা মায়োক্লনা নুংশি রাশক তেমশিংনরুগে থিংলৌ নিংবা থুংনবা।

কদাং —মানি পাথৌ ইবুঙো! নৌজবী উরিনা অনকপ পামেলদা কায়দোংকম ওইবগুম নুরা নাক্তা নক্লবতদা পাখং নকা নক্লকনি। অদুদি পাথৌসু নুরা মগাই তম্না খোঙকাপ নাওরৈ থাংবিরো। ঐদি লমলেন সিনা লৈহৌরগে।

কদেং—লৈবিহৌরে পাথৌ! (হায়না অতোপ অতোপপা মায়কৈদা চংনখি)

---

# মণ্ডাশুবা ঊৎপা

পুখি, মপালগী লৈকোল                    মতম - নুমিদাংবাইরম

(তোম্নুনা অশাংপা লৈ অমা হেক্লগা লৈদু য়েংহুনা নুংঙাইবা রাথন্দা ঈশৈ শকই)

পাম্মু কোলোয় মুংশিবা
মুংশি য়ারা নুংঙোনবা
নুজা থম্মোয় হুখিবা
থংলেন করম থাঙগনি।
মাঞ্জ নঙবু পাম্মুবা
পায়মা নুংগী লোয়ুম্বা
নুংশি নঙবু মাঙদ-থা
পাম্মু নতুং ইনজগেকো।

( কদেংনা লোন্না ঈশৈ তাই। ঈশৈ লোইরগা চঙশিল্লকুনা মায়োক্লবদা তোমু ইকায়বা উৎলি )

কদেং — চিনবাম্হোংগী য়ারাদি পাথং পুক্লিং তাজেদো। পায়মা নুংগী রাথলদি চিংঙু মানা থঙলিনি।

তোম্নু — চিনবাম্হোংগী য়ারাবুদি পায়মা নুংগী রাথলমা হেনজেদো। চাকলিবা থাম্বী মৈবু চরৈ ফিনা কুপ্নু থম্বা য়াবরা?

কদেং — নমু ত, ইবং খোঙচৎপু তাইবং কণানা খঙগনি। রাগনি খঙনা নুংশিরুবা নুংশিরুবনা পামমুবা। তাবু নুংদা থম্বা শেৎলোইদবা চরৈনা-শেং শেৎকদবা চরৈনদি থুপ-চান্নহুনা থম্বগুম নুংশি পায়মা রাখলনি থুপচান্নহুনা থম্বিগনুকো।

তোন — লমলেন তোরবুং লমজাউদা চাকপা খাম্বী মৈদি খাম্বী মেরি উত্রাগ্ন শেম্বি ভাঙ্গোইনা তোমবুং খাম্বী মৈহৌবে মথংভি। নিঙোল পায়মা নুংদা চাকপা নুংশি খাম্বী মৈচাক্তি থংলেন কনানা খঙবিগদগে?

কদেং — থোৎনা লৌবা নুরাগী লৈয়েংনি মতাগুম খারা চিঙ্গোয়ন-বিগনুদা।

তোন — তাঙা লিনতনা মরৈ জনি লোঙবনি, চৌংগী লাইজ সচেলজন্দবু চৈচেল ফানা চেনবনি।

কদেং — কোরৌ নোংখোং ফল্লগা মালেম শন্না চুগনি করন্না লেপপা ঙমগনি।

তোন — কোরৌ নোংমচোল থক্তা খোংচিবা নোংনা মালেম লৈশা তাররগা কল্লি কন্দে খঙবিগদবা লৈরেদনা।

কদেং — কোরৌ নোংমদোল থঙগী তারকপা নোংনা মালেম শন্না খিকলক্লবদা কেমলৈ ঈনৌ পাম্বা ঙান লাইজ ঈকারকপদা লমলেন লানুং ঙম্বা শোইদা লেমলৈ লুজ্জাউ থুম্লমহুনা লুগী পনখোং খাদা লিংসি লিংঙমদা লুগী পনবাল

লাম্না চোংশি চোংঙমগা লেমক্লে লালা চোংহনা খাওবশুম মুংশি পম্বুংফম য়ৌদ্রিডে কায়না মৈশা লাংহনা কেগে রাথোকপু ওইরগদ্রা খনজেদো।

তোম্বু— তুংলমচংকী য়ারাদি চিংগুনা করি ওবিগনা? নুংগী পায়মা নুংদা রাংলেন খুদিংগী খনজবদি চিংগু লাইথোং খুদিংদা হৈরাং লৈরাং কংশিন্না লৈপুল খযোম শেম্নবা চিংগু খুয়াদা জবা নুংয়া শিন্না ওইগে।

কদেং — লৈপুল খযোম শেম্নবা লৈরাং লৈচল থিবন্না পাখং শিন্না ওইজগে। (লুমহনা তাবথা থোইনু থোরক্লগা কুপ্লং শৈশক্তা কংগ্লমনা ঈশৈ শক্লকই)

হৈযেক্ল লৌদা হা থাংপা
মখিংগী লৌদা ন হাইনা
নিঙোলনা থাকপা লাংদা
হা থংলেন খুকপ্রবোইদো লোয়ুম্বা।

(কদেং তোম্বু অনিনা ইকায়নহনা য়েংনৈ। তোম্বুনা থোইনুবু খামগে হোৎনৈ, খাম্বা ঙমদে।)



## লেকশুংবা উৎপা

**লম্বী** **মতম - অয়ু**

( অঙম অথৌ ময়াম কংলা কারকই। তোলোমখো ওকস্নুলাকপা অনিস্নু য়ার্, শাদুনা চংলি।)

তোলোমখোম্বা— য়াম্বা অঙম্বা। কেগে মোইবাং লৈবাকসে অদুর তুরৈ চল্লকপা চগী কুমজা অহুম শুরক্লে।

ওকস্নুপাকওা— মানি পানৌ তোলোমখোম্বা। কেগে মোইরাং লৈবাকসি লায়রর অমং পানবা রাগদোরে। চহী কুমজা অহুম চুপ্পা কুমথি কুমগাংবনা খালে লবুক্তা ফোনানা নাহোংম লেইগোম ফৌ চাবা চুমখিদে। লোক্তাক শোইমিং মাপলস্নু লেমলৈ ঙাশক উথিদ্রে। পুম্নি খোংবান তু খোং পুং মালেম লৈক্রক চৎলক্লে।

তোলোম— কেগে মোইরা লৈবাক্কী অরুং তুরৈ চনবা অনং ইবে লাংবসি কোক্কবা ঙরাং কোরৌ নোংলেন্দগী চিংঙু থাংজীং খুয়াদা হৈরাং লৈরাং কৎতুনা চকপা লমলাং মাইবী খোমদেন মঙজং তানবীনা শস্নিক চোমজাউ থাগোন্না চিংঙু মপাউ হংজবা ঙসি কোরৌ নোংদি কংলা লোইশঙদা চিংঙু লাইপাউ পুরক্লগনি।

ওকস্নু— চিংঙু লাইপাউ তারগা খাম্নুম শিস্থা ইন্নসি কেগে লৈবাক্লা লেপনখ্রবনি। কেগে লৈচাউ খুলজাউনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহো লবসীদমক্তা চিংঙু শিস্থা কায়ক্করোই।

তাংলোম - মানি য়াম্বা অঙন্না! কেগে লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফন্নাইবা ঐখোয় পুন্নমক্কা চিংডু শিন্থামু লুরেন কোক্কা থোংগদবনি।

কসস্রু -- অঙম্বশিংদু কনা থৌগানরকলে কোন্নৌদু রাংঠবলে, খোংহাই থুন্না কনা পাংলসি।

তাংলোম -- ক্রুগনি য়াম্বা, থাডদোইরসি। (চংমিন্নখি)

---

# তরেৎশুবা উৎপা

## কংলা মতম... নুংথিল

( লোইশঙ মচাশিংনা থৌগল তৌবগা নিংথৌ তাংবন্দা ফম্মি। নোংপোকনবা, তোলোমথোম্বা, ওকস্নুলাকপা কনাং শেলুংবা অঙম্বা ময়ামস্নু মখোই মাপী ফমফমদা ফমদুনা লৈ।)

নিংথৌ -- কেগে অখোবা মোইরাং ফম্নাইবা পুন্নমকস্নু ভিল্লে। ঙসি নোংগী কংলা রায়েনদি চিংডু লাইপাউ তাযনা হানবা তারেদো অঙম্বশা!

ওকস্নু -- ইনিংথৌ! [ মতমসিদা কদেং থাংজহনবা চঙলক্লুনা নিংথৌ খুরুম্মী ]

কদেং -- ঐবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু শোইবা ইনিংথৌ ভাভোই লৈবাক মপুরেল! চিংডু থাংজীং কোয়রেলনাই খোয়ুম

কদেং - লাইনিংথৌ লিদবা চিংঙু লাইপাউদু অমাইহৎনা সং।
নাক্কা পুম্নক্কগনি ইনিংথৌ !

লিংথৌ - ইদাইরেম নফম লাংদা ফম্মু। (কদেং মফমদা ফম্মী)
ঙরাং কোয়ৌ নোংদগী লৈবাক্কী অমাইবীনা খাগি শিংদা
চল অমাই লায়ুম য়াতানা চিংঙু লাইপাউ ইংগা
অমাইহৎজবনা খোয়ুম লাইপাউ পুম্নগনি। লোগ
অথৌবা মোইবাং ঙঙবা নখোয় পুম্নংকনা চিংঙু মাংগা
পীরিরকপা শিন্নবু শমু মায়কল্লগে পায়না মুংদা লেংই
দবনি।

কদেং - লিয়াই ইবুংঙো ইনিংথৌ। নদাইরেম কদেংনা চরৈ
ঙক্কা মুং পুরুউ লৈনা তাহনা চিংঙু লাইপাউবু ঙাইজনি।
লৈবাকনি গৌ য়াইফবা কো লৈচাউ খুঙ্গাউনবা মোইরাং
ঙাহোং চাকহো নংগীমক কদেং য়াইবী পাম্মুদন ইনিংথৌ,
য়াথংবু চবৈ ফগাও শানা য়াজগে।

লিথৌ -- ইদাইবেম অথৌবা, য়াবা নপাউ তাবগি পায়ম খৈনা
পেম্লে অঙম্বা। নখোয় খ্বায় নপাল্লাং চোথে চীংশাং
চীরাংমা লাইনা লোই চনবনি। লৈবাক্কী মকোক
ওইরিবা অঙংশিংনা লৈবাক্কী অরা অনা উদ্রবদা লায়র
অনং মশক খঙনক্রবদা চৈরাক রায়েল কায়রকইদো।
লৈবাক্কী অফ কত্ত পুম্নমক অঙম্বশিংগী শমু মথুবাক্কা
লৈরিবনি।

ক্দাং— লিক্লাই ঙাঙোই ইনিংথৌ! কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ফম্নাইবা ঐখোয় পুম্নমক্কা ইনিংথৌগী শিঙ্খাবু লুরেন কোক্তা থোংঙ্গনি ইনিংথৌ।

( মতমসিদা অমাইহঞ্জবা চঙলকই, ময়াম হৌগংলি )

অমাইহঞ্জবা— কেগে ঙাঙোই পুরিংল্লাই! নদাইরেম অমাইহঞ্জবনা চিংঙু লাইপাউ লুরেন কোক্তা থোংনা পুজরব্রিয়ে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— চিংঙু মাগী মপাউথোক্ল ইবুধৌ থাংজীংগী ময়াথং কোরৌ নোংদা কাকদে, মাক্লেম কৈদস্নু তাঘদে, নিংথৌ ঐনা চরৈ ঙক্কা য়েং খুকউ লৈদা ত চরৈ ঋিগাউ শানা থোয়ুম মপাউ ঙাইজরি। [ নিংথৌ খুরু খুদক কুম্হনা লৈ ]

অমাইহঞ্জবা— চিংঙু থাংজীং কোরেল্লাই মোইরাং লাংবুম অরিবা পালোই তাবা লাইনিংথৌ শিদবা নবুধৌগী চিংঙু লাইপাউদি শারম চামা ঙারম চামা, হৈশক চামা লৈশক চামা চামা চামনা থুজিং ওইনা কংলবদি কেগে লৈচাউ খুনজাউহনগে মোইরাং ঙাহোং চাকহোংহনগে লৈবাক মরা তপহনগে নিংথৌ পুন্সি সুংশাংহনগে। ঙসি কোরৌ নোংদগী লোইদাম থাবুম লান্দনা চিংঙু শিঙ্খা পাংথোকচৌ থোয়ুম মানা কুবিরক্লে ইনিংথৌ। [ নিংথৌগী মমাঙদা থাহিবা ফি অঙৌবগী ঘথক্তা অমাইবনা পুরকপা লৈ অহু থম্মী, ময়াম খুরুম্মী। [অমাইহঞ্জবা থোকখি, ময়াম মক্ষম মফমদা ফম্নখি। নিংথৌ তাংবন্দা ফম্নগা মরু লুক্কুনা লৈখি ]

কদেং— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! তাংজ মায়ক্কা চিনবান খেগুম লাংশিনহিবব্ ... ... ...

নিংথৌ— ইয়ুন কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অরা ভুরৈ চনবগ্ কেক্লবা শারম চামা ঙারেম চামা খিগদবা শিম্বাবু কেগে অঙম্বা মোইরাং অথৌবা কনাগী মফমদা শীগদগে খল্লবদা পায়মা লংলা লংক্তিন পুন্দ্রে।

কদেং— ঐবু লোইবা লৈমাবা মনাইবু লোইবা ইনিংথৌ য়োল্লবদা কনবিয়ু লাল্লবদা ঙাকপিয়ু! নদাইরেম কদেংনা ইতিক ইপা চায় খন্দুনা লিক্লাই সনা মাঙদা চোংথোকচব নংচদে। কেগে লৈবাক্কী অরা ভুরৈ ইরৈ চনদনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহোং-নবা চিংঙ্ থাংজীংগী শরেল চন্নবা য়াওরৌ শারম চামা থিবা অসিতদি পাংদ্রবা নদাইরেম কদেং ঐগী ইথৌদাং ওইজগে, লিক্লাই য়াথং পীনবিয়ু। চিংঙ্ থাংজীং থাগোম্না মোইরাং ঐখোয়গী ইনুংলেন লমলেন তোরবুং লমজাউদগী য়াওরৌ শারম চামা ফারগা চিংঙ্ খুয়াদা য়াওরৌ শাচারোক কংচগে উনবি পুক্কিং লেপচরে। চিংঙ্ থাংজীং পল্লেপনা শরি পন্দোন লোমজরি য়াওরৌ শারম চামা গুনা চিংঙ্ খুয়াদা কংপা ঙনদ্রবদি অরাংপা য়াওরৌ শাহুং শিন্দুনা কদেং য়াইবী থাজগে শরিসো চিংঙ্ থাংজীংনা পলেপনবিসম্নু।

নিংথৌ— হুংঙাইদা অঙম্বা য়াম্না নপাউ তাবদি। কোরৌ মৈশা লাংলবা লৈরাংনা কোমদোল মাইউ খংবদা শিঙেল

নৈনা ভেখৎ্গু উনবি পুক্কিং পোংগৎলে। এমক্তনা সনা ঈ অশেঙবা ওইরবাদি শমু ননায় পাকচরো, নিংথৌ ঐনা শিন্থা পাইরবান প্রন ইল্লিবা শেংগি কত্রং মুগানা মাবা নিংথৌফি অসি ফংজনা লোয়ননা ঙসিদগী কেগে শারুংহনবা ক্ষমথোক কাংরা সংথৌবা। [ নিংথৌনা মনঙন্দা ইল্লিবা ফিতু লৌ-খোরগা কদেদ কুম্মি, কদেং খুরু খুদক বুন্দুনা য়াই ]

ওকস্থুলাকপ – হনি নৌনা চানবিবে চিঙু থাংজীংনস্থু কুবিরসনু পারি।

কলাং – ই অংথৌ ইরুগে! পাথৌ শারুংহনবনা য়াওরৌ শারম চামা শাফাবা থোদাং নিংশিংঞ্জ। চিংঙু থাংজীং খুয়াদা কৎনবা নংপ্লেন লোক্কোক ঈশা মাপল পাংনৈচুনা চিংঙু ভারম চামা ফাবা নদাইরেমগী ইশারুক ওইজরগে। নদাইরেমনা চবৈ ঙক্তা য়েং খুকউ নৈদা ভানা লিল্লাই য়াথং ভাইজরি। [ মকোক নোঙ্গৈ ]

নিংথৌ নুংঙাইদা ইদাইরেম কদাং শেলুংবা। নথোয়গুম্বা ফম্নাই-বনা নিংথৌ ঐগী নাক্তা নৈরিবৈদা হাওবপ চীংশাং কনানা খেপ্রে চাইরেন কনানা কেগে মোইরাং নৈবাকপু লাকচা খুত্নম চল্লগনি। অঙবা নখোয়গী নংগাল্লাং নিংথৌ ঐনা পানবনি। সেমলৈ ভারম চামা ফাবা শিন্থা অথৌবা নখুত্তা শিন্নব্রবনি।

ক'দেং— চরৈ ফিগাউ শানা লিক্লাই শিন্থা হৌজরে ইনিংথৌ।
নিংথৌ মতিক মাপা চাদে পায়মা নুংদা রারৌগনু। নিংথৌ
ঐনা কংলা অকা অকুমদা লৈতেং লিকথাং ওইরিবা লিক্লাং
পরেং অসিগা লোয়ননা শারুংহনবা ফমথোলসু কংজরো
অথৌবা। [কদাং শেলুংবা নিংথৌ খুরুম্মী]

নিংথৌ— হৌজিক্তি অথৌবা অনিমক! মরানয়াইদা কুমহুনা অরা
পোথাজকরো। হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন
অঙনবদগী নগী নগী শিন্থা পাংথোকউকো [কদেং কদাং
অনি নিংথৌ খুরুম্লগা থোকখি] কেগে ফম্নাইবা পুম্নমক!
ঙসি কোরৌ নোংদি কংলা রায়েল চংথরগনুসি অসিরাইদা
লোইশিল্লসি। (অঙম্ব শিংনা ইনিংথৌ হায়না খুরুম্মী)

---

# তরেৎশুবা উৎপা

কন্থী মন্তম - মুমিদাংখাইরম

[কদেং কদাং রারী শাহুনা লাকই]

কদাং— পাথৌ ইবুঙো! হযেং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তম-
লোন অঙনবদা তরা চাকঙন চারগা পাথৌদি লমলেন তোরবুং
লমজাউদা চিংঙু শারম চামা খিবা খোঙশাল্লগনি। ঙসি
কোরৌ নোংসিদা নশানৌ নাক্তা খোঙদোইহল মু শি য়ারা
পুকমেন পাওমেম্লবন চুমথ্রনে পাথৌ।

কদেং - অতুনা চুমগদ্রা খঙ্জেদো পাথৌ ইবুঙো! পাথং ইরন
য়োঁরবদি চরৈ ফিজোল হোংলিভৈ কোরৌ শিংখোং রায়থিনি।
নুরা নাক্তা খোঙদোইহুল চিংঙু শারম শাখিবগী য়ারা ইপাউ
তমলুরগে।

কদাং - হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই পাথৌ উন্নগনি উন্নরোই খঙদে-
দো। ঙসি কোরৌ নোংসিদা পাথৌ নথমদা য়ারা খরদং
চিঙ্গোয়নজরমগে।

কদেং - চিংনা পরৈ লৈতনা চিঙ্গোয়বিসি পাথৌ ইবুঙো!

কদাং - লোক্তাক ইশা মাপল পাংনৈতুনা লেমলৈ ভারম চামা ফাবা
হাল্লবদি লমলেন তোরবুং লনজাউদা চিংঙু শারম ফাবদা
পাথৌ নতেং পাংজরগে।

কদেং - পাথৌ ইবুঙো, য়ারা নপাউ তাবদা পায়মা খনা পেল্লে
চান্নবা। চিংঙু শারম শুনা ফাবা হাল্লবস্নু পাথৌ নতে
পাংনবা লমলেন লোক্তাক পাংজরকে।

কদাং - অতুদি পাথৌ লৈবিহৌরো, খোঙহাই খজিক হাল্লম্লগে।

কদেং - ফগনি পাথৌ খোঙদোইবিরসি। (মখোয় অনি কোন্নরগা
চৎনখি)

---

# নিপালশুবা উৎপা

পুথি মপাল    মতম - নুমিদাংবা ইরম

(তোন্ রাখল তৌনা লৈ নাচোম শেন্মী, মরক মরক্তা কদেং লাকপরা য়েংই। থোইন্ লোন্না লাত্তুনা অরাপপদা য়েংবদা কদেং লাকপা উদ্রবদা মথরায় রাবা শাশিন্নতুনা তোন্নুগী নাক্তা চণ্ডশিল্লকই।

থোইন্ -- লৈরাং নাইতোম শাৎচবী শিঙেল লৈশক হেল্লবী নুংশি লৈনম চেল্লবী লৈরাংসে খোয়ুম নঙগী নোংদমখোক্না খাংঙ্ থক্তা শিঙেল লৈচু ওল্লহল্লে রাবিদা ঐদি শরিসো।

তোন্ -- চৌংগী থুন্ খোংজোম্বী, কুমগী হঙোই মিৎকুৎপী। নঙনা য়ারা চিঙ্গোয়নবা শাববু।

থোইন্ -- (রা থৎতুনা) হাইমা ঙকচরেদা, পায়মা রাখল ফৎমনখিদ্রে। পায়মা মুংদা মণ্ডন মণ্ডল খনজতুনা চিঙ্গোয়নজবনে।

তোন্নু— পায়মা য়ারা করি লৈতুনা চিঙ্গোয়নরিবনো? পায়মা লিন্মাং শাংবী নহাকপু।

থোইন্নু— তাইবং মালংপান অসে য়েংবা হৈরবদি পায়মা মুংওনবনে। পঙ্গো ইংখোন্দা ওংজবী শিঙেল লৈরাং খিবিক্তা খোইমু মাবু ঙাইজেদো। পাংয়াই কাদা শাৎলবী মথংলেন কোলোয় তমজবী শিঙেল থারিকথা লৈরাংসু থাজ মিরেল ঙাইজেদো।

নমু তাইবং কনানা অপাম মাগীদমক্তা উ:বি পক্লিং খোয়-রাংদবা য়াওবগে ? নিঙোল নতৌ উবদা উনবি পুক্লিং খোয়রাংনা ইদোম চিঙ্গোয়নজবনে ?

তোম্বু — য়েংউনেসে চিন্তিবীসে। মাল' ইচিক থেম খঙ্গোল হকচিক লাংজরগা অপাম কনাগী য়াথকদা পায়মা মুংওনওবগেনে ?

থোইন্থু — হায়মা কিজরেদা শরিসো। ঐনা অপাম কনাবু ভাই বনি চিঙ্গোয়নগ্রবগে ? পায়মা মুংদা মুংশি য়ারা থুপচান্নবদি নিঙোল নদোম ল'লা লংজিল চিংখোকচরে।

তোম্বু— মচিল চিনবাম্নাং অসে নোইনি কবোক পোকপত্থু মঙাইরে। ঐনা কনাগীদমক্তা পায়মা য়ারা থুপচান্ন-থ্রবগে ?

থোইন্‌— উদ-শিন্না মিংলাওবী চাদ-শিন্না চথোমজাউ পাউরৌ-নবা য়ারা নৈবনে ইবেম্মা !

তোন্‌ হায়মা ঙকচরেদকো শরিসো ঐদি। মালং ইচিক থেম্বনি চিঙ্গোয়নববু মীনম্বা য়ারারা ?

থোইন্‌— মালং ইচিক থেম্বনা নিঙোল পায়মা নুংগী অরা মৈচাক কোকলোইয়ে। পাম্মু চেংলৌ থাজনা নুংশি মিরেল তারবত্তদা নিঙোল পায়মা ঙানগনি, অরা মৈচাক কোকনিয়ে।

তোন্ — হায়মা করিনোনো পাইমা পিন্থুক ফত্তবীশিবো ( য়েংথোকউবদা অরাম্বদা কদেং লাকপা উবদা ) ।

থোইন্ — তরা চাকঙল চারগা কেগে কংলা থোৌগায়খিবা কোরৌ নারল রায়রক্লে । নোংম্বদোল থাজনা কেংরৌ থক্তা ঙানবগুম থিংলৌ নিংজবা থাজস্তু থোক্লগনিয়ে ।

তোন্ — থোইন্ । নঙনা চিঙ্গেয়নবন্তু চিঙ্গোম্বনবনি । পলেম পন্থৌ অনিগী নুংশি রাখল ঈরেন্দা তাউরিবগুম অরা ঈথক উরমদে । পাম্মু মাগী নুংশি রাখল ঈরেন্দা নিঙোল ইদোম তাউজবস্তু ঙমদ পাম্মু চাংজৌ মাপা থুঙমদ নুংশি লাইজ ঈরাক্লহনা তোক্লগদ্রা থংদ্রেদা থোইন্ । ( কদেং চঙলক্লগা লুমহুনা তাই ) ।

থোইন্ - নিঙোল করিগী পায়মা খোয়রাংবগে ? শমু পাঙল শোনবী নুঙ্গানা নুংশি ঈপাক তমজবা পাম্মু চাংজৌ মাপা থুংদনা ইরাক্লহনগে থনগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা তমব কনা লৈরমগদগে ?

কদেং — ( থোরক্লুনা ) অচুম্বা য়ারানি থোইন্ ! ( তোন্ ইকায়হুনা মরু লুকথৈ ) তমব ওইনা পোল্লগা শমু পাঙল শোনবী নুজাবু নুংশি লাইজ ঈরাক্লহনগদবা কেগে নিংথৌ মদাইরেম কদেং থাংজহন্বা লৈরিবগুদা কনাগীস্তু মতিক ওইদে ।

থোইন্ — অচুম্বা য়ারানি অঙম্বা ! কেগে নিংথৌ মদাইরেম অঙম্বনা লৈবিরিবগু মুংশি ঈরাক্লহনবা ঙম্মোইদো ।

থোইন্— অঙম্বা নহাক্না মুংশি ঈরাক্পহনগে খল্লবদি কেগে কনা-
নদি কনবিগনি। (তোন্ থোইন্ অনি লোন্না ইঙ্গিং
তৌনহুনা মু ঙাইনৈ )।

কদেং—(ঙক্না) মুংশি লাইজ ঈরাক্পহনগদৌরিবা অঙম্বহুবু
কনানোনে থোইন্।

থোইম্বু — অঙম্বা কোলোয় তাক্নদবদি থোইন্ ঐ নত্তেয়ে।

কদেং — (ঙক্লা) অহুদি কনানো?

(তোন্না নোকমি নোকমি তৌরগা থোইন্না হায়দোকম্মু
লোন্না ইঙ্গিং তৌই। থোইন্না কদেংদা অমুক য়েং
তোন্দা অমুক য়েংলম্লগা "ভূ" হায়না তোন্দা খুদোম্বী
থিল্লম্লগা চেনখি। তোন্ ইকায়হুনা চংকে তৌবদা কদেংনা
থংলি)।

কদেং— অঙম্বা কোলোয় তাকপা রাংসেন ওইদ্রিবনে শানৌ?

তোন্— অঙম্বা পাম্নমা খ্পচান্না নিঙোল য়ান্না লোনজাননা
চিঙ্গোয়নবিববু নিঙোল ঐবু পায়মা নংদা থাজবিদবরা?
পাখং পায়মা নংদা য়াদৌ লমফাংবগুম নিঙোলসু
ফাংলমগনি খনবিবরানে নংশিবা। লাইবকচাউবী ননাওবু
নংশি লাইজ ঈরাক্পহনগদবা কেগে মোইরাং নৈবাক্তা
পাম্ নহাক নত্তনা অংম্বা কনা লৈবগে?

কদেং— ইশানৌ ঈনেম্মচা নংশিবী! করি পায়মা রাখলনো
নিঙোল পিবুক নংদা পাখং ঐবু থাজবিদবরা?

তোন্—পাম্মু য়াব্রা তাবদি নিঙোল পায়মা খোয়দাজৈ। ন্ংশি শাজং উরগা ন্রা থনং ন্ংবংঙি।

কদেং— লৈকায় ইথিন তাবনা উনবি পুক্লিং ওনবরা ? কেগে ফৌগুখোল তারগা ন্রাগী শমু খুবাক কুরোনবু হুবরা ?

তোন্ - মাঙ্গ নংবু লোয়ুম্বা ন্ংশি নংবু কাউবরা ? ফাইরেন থাগী থানিন্দা কুমাবগী মরানয়াই ন্ংশি শব্রি পন্দোনখোম চিংঙ্ লাইথোং খুদিংদা হৈরাং লৈরাং কৎমিন্না লৈপ্পুল খয়োম শেম্নবা চিংঙ্ খুয়াদা নিজবা থংলেন কাউগে থন্দুনা পাখং খোঙ্লৈ তম্নরা ?

কদেং - শানৌ করি য়ারানোদা। ওসি কোরৌ নোংদা পাখং খোংলৈ তপপদি চিংঙ্ লাইপাউ কোক্তা থোং মপু য়াথং নমদা পো: লৈবাক শিন্থা তুংইন্নগে পায়মা ন্ংদা থঞ্জরে। শানৌ নংগী নফমদা করম্মা য়োইদম পাউদম্নরসিগে।

তোন্— পাম্মু য়াব্রা তাবদা নিঙোল পায়মা তরাং তশোইরে, উনবি পুক্লিং লাংতকনরে। নিঙোল পায়মা, থাম্বী মৈহৌবা করম্বা য়াব্রা পাউদ্রিগদৌরিবনো ?

কদেং-- নিংথৌ পল্লনা ব্রাংবনা লৈবাক রানা লুবনা কোরৌ শিংবুম থরদং লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙ্ শারম চামবু রাইরা শাফারুনব, হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশেই লাইয়া তমলোন অওনবদা পাখং খোচদোই হুনগদৌরি।

তোম্নু— পাম্মু য়াম্না তাবদি নিঙোল পায়মা অম্না খুরৌ চেল্লিদা।

কদেং— কম্বিগী পায়মা খুম্বৌ চেনবগে চিংঙু লাইনীং চেৎলম্মু। চিংঙু থাংজীংনা কুবিহুনা য়াওম্বৌ শারম চামবু ফারগা ইয়ুম কেগে মোইম্নাংদা ম্নাইম্না তন্না হল্লক্কে শানী ম্নারম-গন্নুকো।

তোম্নু— নিংথৌ য়াথংনা কনখিবনা লৈবাক ম্নানা লুখিবনা নিঙোলনা থিংজবা ইতিক ওইদ্রে। পাম্মু নংগীদমক্তা চিংঙু থাংজীং লাইবু চেৎনা থাগোম্নজম্নমগে। য়াওম্বৌ শারম চামবু খোংলৌ পল্লৌ লৈত্তনা শাক্না ম্নাঙম তম্বা চিংঙু মানা কুবিসন্নু। চিংঙু শারম ঙম্নগা ননাওগী য়াওম্বৌ শজি অমতংদি তম্বিম্নকউ। পাম্মু নঙনা তম্বী-ম্নকপা নুংশি মেলোন খুদোল য়াওম্বৌ শজি মাবু নিঙোল নাম্বা ইয়োং শঙদা পুল্লগা মাঞ্জ চেংলৌ য়েংবগুম শজি মাবু য়েংজগে।

কদেং—নিঙোল য়াম্না তুংইন্না পোংতপ য়াওম্বৌ শজি কাউজম্বোই। নিঙোল পায়মা খোয়দাবা য়াওম্বৌ শজি ফাবা চিংঙু মানা কুবিসন্নু।

তোম্নু— ঙসি কোম্বৌ নোংদা নুংশি নংগী নাপপদা খোয়নৌ ইতা শক্নবী শিঙেল লৈম্নাং বাচোম্বু থেৎচগেকো ননাওনা। নজা ওইবী মপোকনা পাম্মু খোঙলোই

য়াত্রবস্সু শিংজেল নাচোম অসিনা মুজা ইচুংশিন্না পাম্মু নতুং ইনজগেকো। মাঙ্গ নহাকনা শিংজেল নাচোম উরগা ননাও য়াওরি থনবিয়ু। শিংজেল লৈচু ওন্দবা লৈরাং লৈমল চন্দবা চিংগু থাংজীংনা কুবিসম্মু। কপ্রিগুম্বা শিংজেল লৈচু ওল্লবা লৈরাং লৈমল চল্লবদি অরা তুরৈ চল্লে, অনং ইরৈ লাংলে পাম্মু নঙবু কৌজবনি কাউবিগনু্কো মুংশিবা। (তোমুনা কদেংগী নাপ্পদা নাচোম থেংসি, মথোয় অনি মুংশিননা য়েংনৈ)।

---

# তরাশুবা উৎপা

## লাইজিংলাকপগী – ম'ঙ্গোল

(লাইজিংলাকপা মাঙ্গোন্দা হঙ্গং হন্দা চংতুনা য়াথল তৌই, লাইজিংলাকপী ইমুংদগী থোরকই)।

লাকপা – লাইজিংলাকপী! ইমোমগী উংবি পুক্লিং থগুনত্রা? লিক্লাই লিকথাং ওইবা ইমোম্মা য়ানিংলব্রা?

লাকপী – নমোমগী য়ারা মপাউ অসিবু.. (রা মথা তাদবা)

লাকপা – চিংন পরৈনদনা ইমোমগী মপাউ তম্মু।

লাকপী – লিক্লাই লিকথাং ওইরুরো অওং অউন তম থাত

লাকপী— ইনীং তম্লগে চিঙ্গোয়নরুববু চিঙ্গোয় য়ারা পাউ-খুমলক্কে। মমা ঐনা করেপ্পা খঙগে ইমোমগী পুক্নিং তকলুবদি য়ারা মপাউ খুমদনা হিক্না হিক্না কপতুনা নিঙোল কদা চঙখি। ইমোম মতৌ উরগা পায়মা খোয়বাং লিলাংঙি। পন্থৌ ওইবা নঙাক্না ইমোন মবুক ফাবিয়ু।

লাকপা— ...ইজিংলাকপী! ইমোমগী উনবী পুক্নিং খঙলে। ইমোম্মা পায়মা খোয়দাদে খঙনা খঙনা ঙম্মি ইমোমনি খন্দুনা করম্না থাজ ইনীং তম্লসিগে। ইমোম পুকনিং থুংদনা খাঙ থক্তা পুন্সি লোমখিবা থোক্লবদি পলেম পন্থৌ ওইবা ঐখোয়না তাইবং মালং পানসিদা করম্না নমু পুন্সি লেনগনি। লাইজিংলাকপী ইমোম মশানা য়াদ্রবদি মপা ঐনা নমজাননা থাজবা ঙম্মোইদৌরি।

লাকপী— উনবি পুকনিং তয়াং ভংশোইহিনবু। পলেম পান্থৌ ওইবা ঐখোয়না ইমোমগী য়াইফনবা মুঙাই মরাং কায়নবা থৌশিনবনি। পলেম মমা ঐগী য়ারা খণ্ডইদ্রবসু অঙনগী য়ারাদি ইম্লকপসু য়াই। অমুক্তদি চিঙ্গোয়নহুনা ময়েংবিয়ু।

লাকপা— মপা ঐগী য়ারা তবদা হেদোই হেনাউ কাংবদি ঙমদ ইমোম্মা অরা খান্বী মৈশালাং পামদবনা অপান্থশা মুংঙাইতবা রাখলনা মুংদা ফুম কপ্পা কপ্পা য়াঙ্গোইখিবত্ু

লাকপা— মপা ঐনা করম্না য়েংতুন' লৈহৌগনি । ইমোম মদোম পোকপীনি থিংলৌ নীংবা থংজবসু চিংদু লোংদমখোল য়েংলসি। ইমোমগী অরেপ্পা য়ারা মপাউবু লিক্লাই খুয়াদা হক্কংলুবগে ।

( মতমসিদা ওকসুলাকপা তোলোমখোম্বা চঙলকই )

যাম্বা ওকসুলাকপা, শানৌ তোলোমখোম্বা খোঙদোই হুনবিরক্লিব্রা ? ( লাইজিংলাকপী ফিদা থাই, মখোয় অলি ফমই )।

ওকসু— লাইজিংলাকপা অঙম্বা। নমোম পুরিং খঙলব্রা, চিন্না ই লিকথাং ওইবা নমোম য়ারবরা ?

লাকপা — ইমোমগী উনবি পুক্রি হৌলুরদি থিংলৌ নিংবা কায়খ্রে। লিক্লাই লিকথাং ওইনবা ইমোমবু থাজ ইনীং তম্বা ওম্মোইদৌরিনে অঙম্বা।

তোলোম — করি য়ারানো য়াম্বা লাইজিংলাকপা অঙম্বা ! অঙম্বগী নমোমবু থাজ ননী তম য়োনজ নথা তমবদা কেগে কনানা থিংলগনি। অতুগীসু মথক্তা চিংগু লাইপাউ তুংইন্না কেগে লৈবাক লৈংউনবা নমোমবু লিক্লাই লিকথাং ওইনবা কেগে লৈবাক্তা চিঙ্গোয়নবনিন' অঙম্বা। পায়মা রাথল তৌবিয়ু. মপু লিকথাং ওইদনা য়াদে

লাকপা শানৌ তোলোমখোম্বা ! অমত্তা পোকপী ইমোমনি পায়মা হুদা থন্দুনা ইমোমবু থাজ ইনীং তমনরোই

ইনামগী থিংলৌ নীংবা খুজুরসম্তু শরি পন্দোক তোংগ্রে। কেগে লৈবাক লৈচাউনবা ইমেমবু লিল্লাই লিকথাং ওন্দবা য়াংদে চিঙ্গোয়নবিগম্মু অওম্বা।

তোলোম— য়াম্বা লাইজিংলাকপা। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা চনু নিঙোল লাংতেদো! কেগে লৈমরোল হরেং চেংলৌ হেন্না নীংথিবী শাংলিনা অওম্বা। চিংঙু থাংজীং মপাউ-খোল লাইজিং পুন্সিবা ইনিংথৌগা কোলোয় মিংমান্নবী চনু নিঙোলবু থিরগা তালোয় তুয়িল তম্নবদি পারি পোক্কবা পোক্কনি মখোম শাংতসা পাংকনিখোয়্গুন লাই-পাউ তুংইন্না নখোম তোম্বু লাউভিংলে হ্বীবু লিল্লাই লিকথাং ওইনবা লৈবাক্কী অওম অথৌনা চিঙ্গোয়নববু নমোম থিংকম থোকপরা।

ওকন্থু — লাইভিংলাকপা অওম্বা! পায়মা রাখল তৌবিয়ু কেগে লৈবাকীদগী ওনি নিংথৌ মরন্নাইগী থোক্কেনা। চহী কুমজা অহুম চুপ্পা কুমথি কুমগা লেনা লৈবাক্তা অরা অনা নংলকপহু কোক্কবা চিংঙু লাইপাউ তারগা খোয়্গুন শিন্থা ইনসি লেপনথিবা নত্র? লাইভিংলাকপা নরোনদোমগী হন্দুনা চিংঙু শিন্থা কায়বগী কেগে লৈবাকনা অরা তুরৈ চনবহু অওবা নমিৎ পেম্মা য়েংগেরা।

লাকপা — চুম্মি চিঙ্গোয়নবিরিবা য়ারাহু। কেগে লৈবাক লৈ-চাউনবা লাইজিংলাকপা ঐগী শরি নামুংবদি পায়মা খুংদা চিংনজদে। লাংবল হুইদ্রুগুম তোমাংনবী

ইমোম্মা অরা খুরৌ চল পামদবনা অপাম্বশা কপ্পা কপ্পা পুন্সি লেনবত্ম মপা ঐন করম্মা যেংনা কৈরসিগে।

তোলোম — অতম্বা, পায়মা রাখল পেনমঙ্কিনা। লৈবাক নিংথৌ য়াইফনবগীদমক্তা লাইজিংলাকপা নমোম তোম্বু লাইজিংলেম্বী শম্মু মীকোক অনি শরেল চনগনি চিঙ্গোয়নবমক্তি নত্তেনা। নমোম লাংলেননা লিল্লাই লিবথাং ওইনদি পায়না পেনমক থোকইনা। নম্মু তাইবং ঐখোয়গী নুঙাই ঙমখৈ অসিরাই মঙাইনা অঙ্গা।

লাকপা — ইমোমগী উনবি পুকনিং থুংদনা লিল্লাই লিবথাং ওইগদবগী শরুকপুদি কেগে লৈবাক্কীদমক্তা লাইজিংলাকপা শরেল চনবা তারে চিঙ্গোয়নবিরবদি অতম্বা নমাংও, চিংঙ্খ্রা জীং লাইমাদা খুরু খুদক শণশা লৈদা কুল, শম্মু ঙকশম তাংদম তিনদা লাইজিংলাকপা পায়মা মুংদা চিংনরোইদবনি।

ওকম্বু — নমোম মশু, লাংগীদমক্তা মৈনা রায় তাংনা শম্মা পানগদবা কেগে কম্বাল মুৎপা য়ারোই। অতম্বা পায়মা রাখল তৌফম থোকইনা।

( তোম্বু লাইজিংলেম্বী থোঙজিন মরুমদা লোম্মা তাই )

লাকপা—লাইজি লাকপা ঐগীদি চিঙ্গোয়নরিবা য়ারান অরেপ্পনি। ইমোমগী মরীদদি থৌদু নুংশুম কেকলে শম্বা য়াররোই অতম্বা।

লাকপী—লাকদবগী নমোম কৈদা লৈবগে. য়ারা পাউহং তোয়হৌরে। ইমোম নহাক নত্তনা পম্বৌগী অরা তুরৈচনববু কেগে কনানা অরা পরৈ হনগনি। নিঙোল পায়মা থোহু মুংগুম কনগ-শুনে লাংলেন।

তোম্ব—লাইবকচাউবী নমোম্মা লৈমকোন্দি নিংথোকোল মপু-কোন্দি লৈকোয়রেল পামজদেনে অপোকপী।

লাকপী— ইমাগী লাংলেন ইথেম্মা! পায়মা তিল্লাং থয়োংনা অমুক্তদি খল্লুগবা লাংলেন। নিঙোল পায়মা মুংদা থিংলৌ নীংবা লৈরবস্থু নীংবা কোন্দায় তুংওইনা পম্বৌগী অরা পরৈ হনবনা লাংলেন শিন্থা ওইমুনে।

তোম্ব – পালেমগী য়ারা অসিবু নমোম্মা করম্না পাউথুম্নসিগেনে অপোকপী। ( হায়না মমাদা ঙাশিল্লগা কপ্পি )।

লাকপী— ইমোম নতৌ উরগা ইমাস্থু থাঙকম খুঙদ্রে। রা'লেন ঙাহাক থিল্লবদি নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংনা নঙবু পোকপা পম্বৌবু হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কেগে সোরোক য়াংবীথক ভাউবা হুইগং থাংহুনা চিংবগুম পুখিবহু লাংলেন করম্না য়েংহৌরসিগে।

তোম্ব—( কপ্পা কপ্পা ) অমত্তা পোকপী নমোমগী থিংলৌ নীংবা অপাম্বা লৈরবস্থু পলেম পম্বৌ অনিগী অরাববু কোক্কদবা লৈরবদি নমোমগী থিংলৌ নীংবা কোন্দায়বু তুংওইনজ-রগেনে অপোকপী ( মমাদা কোনহুনা কপ্পি )।

লাকপী— লাংলেন। ( মচাবু মুংশিনা কোনবী )

---

# তরানিথোইশুবা থৌংপা

## লাইজিংলাকপগী মাঙ্গোল

( ওকসুলাকপা, তোলোমখোম্বা, কৈস্নুম শঙলেন হঞ্জবন-চিংবা অঙম্বশিংগা লাইজিংলাকপগা মায়োক্নবা লেপ্পী )

ওকসু— লাইজিংলাকপা অঙম্বা ! মপু লোইশঙ অসঙ্ঘদা কংলা শিংকাপ তম্মিনরিবা অঙম্বনি পায়মা মুংদা খন্দুনা হন্না হন্না চিঙ্গোয়নবনি। লাইজিংলাকপা নঙবু হাঙনা তুংবুল পরৈ লাক কেগে শোরোক য়াংবীথক মোইরাং লৈবাক মীমাঙদা তাউবা হুইগং থাংহুনা চিংবগুম চিংবদু অঙম্বা পাম্বরা ?

লাকপা— ওকসুলাকপা অঙম্বা ! কেগে লৈবাকীদমকনি পায়মা মুংদা খন্দুনা রাংলেন অম্নুক কুইবসি অঙম্বনা চিঙ্গোয়নবা মারা পূম্নমক খা চিক্নুনা খাঙবনিনা। রায়াম পাউয়াম্বগী মহুৎতা মপু য়াথং তুংইন্না অঙম্বা নথৌ পাংখোকউ।

ওকসু— কৈস্নুম শঙলেন হঞ্জবা ! ( কৈস্নুম হঞ্জবনা লুচিংলগা খোংমীশিংনা লাইজিংলাকপবু পুনগে তৌবা মতমসিদা তোম্বু কপ্পুনা চেনশিল্লকই )।

তোম্বু— ইপা ইবুঙো। নমোম ইশুংলাংগীদমক্তা হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কেগে সোরোক য়াংবীথক করম্না খোঙশানবি-গদৌরিবনো অপোকপা। ( মপাবু কোল্লি )

লাকপা — লাংলেন! করিগী পায়মা মুংঙোলনবগে? অরাবনা মুংদা কুম মুংঙাই চিনবাল লাংশিন্না ইমোম পুক্লিং খোয়দাদনা সিক্লাই সিকথাং ওইবত্রু ইপানা করম য়েংগনি।

তোম্বু — পলেম পম্বৌগী শিন্থা ইনবনা নমোম ঐগী ইশরুক্তি। নমোম্না পায়মা খুরৌ চেনজদে। কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নিংথৌগী মীংবা থুংননবা নমোমবু থাজ ননীং য়োনজ নথা তম্বিরোনে অপোকপা। (ওকস্নুলাকপা) পম্বৌ ওকস্নুলাকপা অঙম্বা। সিঙোল য়াব্বা থাবিম্বু, লৈবাক শিন্থা লুরেন কোক্তা থোংজরে।

লাকপা— য়াম্বা ওকস্নুলাকপা অঙম্বা! রাংলেম থিন্দনা হাওনা তুংবুল পরৈ লাক কৈস্নুম শঙলেন্দা পুবিরো। (তোম্বুদা) নপা ঐগী পায়মা উলগোইম্বুংদা তিল্লাং খোয়দানা মুংশিজন্নবী ইমোম নহাকপু পামদবা মরানয়াইদা য়াঙ্গোইররো ইপানা করম চিঙ্গোয়নবা ওমগনি লাংলেন?

তোম্বু— ইপা ইবুঙো! পায়মা খুরৌ চেনবিরগন্নু। পলেম পম্বৌগী শিন্থা ইনবনা নমোমগী অরেপপা শরিনি। নমোম্না কাউজ মমল ওইরগা পম্বৌবু কৈশুম শঙলেন্দগী হঞ্জরগেনে অপোকপা।

লাকপা— নত্তে নত্তে লাংলেন! ইমোমগী পায়মা রাথল শেন্নাময়ে। নপা ঐনা কৈস্নুম শঙলেন মুংদা কুরাউ হংলান চন্দুনা লৈরুগদবদি লোইদাম থাবুম খরদনি। ইমোম নওনা লৈমা নিংথৌকোম্মা পামদবা হংজান চন্দুনা বপসি

কপঙমদা, নোকসি নোকঙমদা অয়াবনা মুংঙাইবশা কুমশিং থাশিং খঙদনা য়াঙ্গোইবত্রবু ইপানা করম য়েংহনা লৈগনি ! নত্তে, কৈস্নুম শঙলেন হঞ্জবা। ঐবু খিন্দনা কৈস্নুম শঙলেন তান্না পুবিরো। ( চৎকে তৌবা তোম্বুনা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা )

তোম্বু— নমোম ইস্নুং লাংগীদমক পম্বৌনা কৈস্নুম শঙলেন মুংদা লৈপ্রগা কেগে লৈবাক মীমাঙদা তাংজ মায়সে পুহ্নমা নমোম্না করম লৈহৌরসিগেনে অপোকপা।

লাকপা— নিংথৌনি ঙম্মী লৈবাক্কী মপুনি থন্দুনা অমত্তা পোকচবী ইমোম নঙবু লৈখোক্তগী লৈরাং খৎপগুম থৎকে য়াদ্রগা মপা ঐবু কৈস্নুম শঙলেন মুংদা থমগনি অস্নুক ফজরবা সনা য়াথংবু কোকথোংন্দুনা কৈস্নুম শঙলেন মুংদা লৈবদি লেমজ-নিংঙাইনিনে লাংলেন ? (ওকস্নুলাকপা তোলোমখোম্বা ইকাইহনা য়েংনৈ )।

তোম্বু— নিঙোল ইরোম্‌দোমগী খনজদেদো নমোম্না। কেগে লৈচাউ খুনজাউনবা লৈমকোন্দি নিংথৌকোল, মপুকোন্দি লৈকোয়রেল য়ৌজরগেনে অপোকপা। ( ওকস্নুলাকপদা ) পম্বৌ ওকস্নুলাকপা ! মুপী য়ারানি রাচানবিদবরা ? পম্বৌ মাগী অর। পরৈ হৱবা লৈবাক য়ারা কোক্তথোং লিক্লাই লিকথাং ওইগে মমোম ঐনা চোংথোকচবর্নিনা।

ওকস্ত্র— ( শাউনা ) করি লাইজিংলাকপা করি। কেগে লৈবাক্কী থন্দবা নরোনদোমগী য়েংলগা ইমোমগী মরীদদি থৌত্থ মুংশুম তেক্লে শম্বা য়াররোই চিঙ্গোম্নবা। চিঙ্গোম্নবা হৌনৈ চিঙ্গোম্নবমিনা। লাইজিংলাকপা নঙনা ওম্মে নমোম তোম্বু লাইজিংলেম্বীবু লিক্লাই লিকথাং ওইহনগম্মু। কেগে লৈবাক্লা ওম্মে লাইজিংলাকপা নঙবু কুরাউ হংলান থুক্তা চল কৈশুম শঙলেনমুংদা থমগে। নমোম তোম্বু লাইজিংলেম্বীবুনা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগে। কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নিংথৌ পুন্সি মুংশাংনবা ওকচিল্লাকপা ঐগী য়ারাবু তুংইম্নবা ওমদ্রবদি কেগে কংলাদা ইফম থাদোক্কে মোইরাং লৈবাক্তা লৈথরোই।

লাকপা— অঙত্রা রাহৈ খুবাম চাউমক্লি। লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা কেগে কংলাদা নফম থাদোকপা অঙম্বা নঙগী ননীংনি, য়াইবী খরায় থাবম্মু লাইজিংলাকপা ঐগী ইথানি। মথক্তা য়েংকাপ লোন্দবী মথাদা মনাও ফোইদ্রবী অমত্তা পোকপী ইমোম তোম্বু লাইজিংলেম্বীবু মশান্না য়াদনা নমজান্নবা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগনি চিঙ্গোম্নবদি নথৌ থোক্কেনা অঙমবা।

ওকস্ত্র— ইথৌ থোক্লবম্মু থোক্লবম্মু কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নিংথৌ ফম্বাল মুংশুনবা নমোম তোম্বু লাইজিংলেমবীবু লিক্লাই লিকথাং ওইহনগে শম্লিলো। চিংগু পাংজীংনা

খঙসন্থু। লৈবাক য়াৱানা খৌবৱা অঙম্বা শৱিনা উইবৱা য়েংনসি।

লাকপা— য়াম্বা ওকস্নুলাকপা! ঐনা পোকপা ইমোমবু মপা ঐগী মাঙদা মশানা য়াদনা নমজান্ননা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগদবা কেগে কনাগীম্থু মতিক লৈতে। চিঙ্গোয়নৱিবা য়াৱাসিনা লাইজিংলাকপা ঐগী অৱেপপা শৱিনি।

ওকস্নু— কৈ য়েংনসি অঙমবা (ওকচিল্লাকপা তোলোমখোমবা অঙমবা অনি শাউনা চংখি)।

---

## তৱামাথোইশুবা উৎপা

**পুথ্রি মপাল** **মতম — নুংথিল**

(তোম্বু মশম মনা ইকা ফাহুনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা শমবলদা ভাহুনা লৈ। মপুক্লিংদা নীংজিবা ৱাখলহু কোংদোকপা)।

তোম্বু— করি নুংগী কোলোয় লাইজিংলেমবী থোল্লমবা। কোলোয় মিংলেন অসিনা কায়না মৈশালাং পাম্মু শেংনা মৈচাকনা থম্মোয় ৱায়না চাকলক্লে। কেগে লৈবাকনা লুখিবনা পম্থোবু হাওনা তুংবুল পৱৈলাক মখোম ঐগী ইমাঙদা পুখিবা খোল্লবদি

ঐনা করম্না য়েংহুনা লৈহৌগনি। নিংথৌগী য়্বাথং লাক্ত্রিবৈ ঋাংলেনদা লমলেন তোরবুং লমজাউদা ঋাইরা শাখিবা খোঙদোইখিবা পাম্মু মাবু চিংঙু নঙনা কুবিহুনা মুরা নাক্বা পুবিরকউগবা। (হায়না কপ্না কপ্না ঈশৈ শকই)।

চিংঙু থাংজী কোরেল্লাই
খোয়ুম নঙগী নোংদমখোলনা
মুংশি লংলা পাদম্নবা
শোইনাই মচেৎ থাং
শাবি শানৌ অনিবু
য়্যাংদৌ লম্মথাংদা
ক্বায়না মৈশা লাংহনবিগদৌরব্রা ?
কেগে লৈবাক্বী য়্বারানা
অকনবা নোংলৈ মুংশিৎ ওই
মালং শউম ফংবদা
চংবি লাতোন লাল্লাকনা
হাইনা হুম্না থাঙবগুম
নিঙোল ওইবীনা ঋারিবসে
পাম্মু নঙদি থঙলিরোই

(খোইমু মুংশাথিনা ফিংনা চেল্লকই)

খোইমু— কেগে লৈমরোন লুচিংবী, খোয়নৌ ইতা শক্লবী, মোমমু লাইবক চাউবী নঙবু লমদম তাম্না পাম্মু মানা

লৈবা লম লমলেন তোরবুং ভান্না খোঙশাম্নোগবা চান্নবী।

তোম্বু— খোয়নৌ শকপী খোইম্বু! নিঙোলগী অরাবা করি পাউবু তাবগেনে চান্নবী।

খোইম্বু— পম্বোবু কৈস্থম শঙলেম থুংদা থম্নগা মোমম্বু লাইবক-চাউবী নহাকপু নিংথৌগী ভালোয়শিংদা চনহনগি চিঙ্গোয় নহুনা অঙম অথৌ ময়াম খুংলরে। ব্রাংলেন থিন্দনা নশাবিনা লৈবা লম লমলেন তোরবুংদা খোঙশাম্নোগবা চান্নবী।

তোম্বু— খোইম্বু! ঐবু পোকপা পম্বোনা মমোম ঐগী দমক্তা অরা খুয়ৌ চনগনি থঙনা থঙনা শাবি মাগী মনাক্তা করম্না খোংকাপ নাওরৈ থাগনি। পাম্ম নাক্তা য়ৌসি য়োঙমদ পম্বো নাক্তা চঙসি চঙমদ্রে, মায়কৈ কদোম চৎলগা নিঙোলগী পোথাফম ওইগদবগে রাখল পলেপফম থঙদ্রে। অরা মৈচাক থুংদা ফুম কায়না মৈশা লাংহুনা পিরাং পিরোইনবা নত্তনা নিঙোলগী করি থৌনা লৈরিবগে খোইম্বু।

( মখোয় অনি কোন্নহুনা হিক্রা হিক্রা কপমিন্নরিঙৈদা লাই-জিংলাকপী মমা থুংশা মপী হোন্দুনা চেল্লকই )।

লাকপী— ইমাগী লাংলেম চয়েম্বু, লাইবকচাউধী নঙবু ভাদ্রব্রা? লাংলেন নম্বুং লাংগীদমক কেগে অঙম্বলিংনা মপু য়াথং পুহুনা নঙবু পোকপা পম্বোবু হাওনা ভুংরুল পরৈ

ওকম্বু — লাংলেন নহাক্না লৈবাক য়াক্না তুংইন্না লিক্লাই লিকথাং ওইবা য়ারবদি করিগী পম্বৌ মাবু হাওনা তুংবুদ পরৈনগনি ।

লাকপা — নগো য়াম্বা অওম্বা ! ইমোমগী য়াক্না রাচামবিগনু । মপা ঐগী খন্দুনা থিংলৌ নীংবা তুংওইননা লিক্লাই লিকথাং ওইবা মপা ঐগী পায়মা সুংদা থৈনা পামদে । রাংলেন থিন্দনা কৈস্থম শওলেন তান্না খোংকাপ নাওরৈ থাংলসি ( চংকে তৌবদা তোম্বুনা থাম্বদা তৌফম খওদবা ) ।

তোম্বু — করিগীদমক্তা পায়মা খুরৌ চেনবিরিবগেনে অপোকপা ইথক্তা ইবুং অমা শাংতে ইখাদা ইপা অমা কুইদে, পম্বৌগী অন্না কোকথোং পুবিরগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা কনা লৈবগেনে অপোকপা । ( মপাগী মথোঙ কোন্দুনা কপপি ) ।

লাকপা — লাংলেন ( হায়না মচাবু সুংশিনা কোনখংলি ) ।

---

# তরাহুমদোইশুবা উৎপা
## পুখি, মপাল

( তোম্বু মশম মনা ইফা ফারদুনা শম্বলদা ভারগা হিক্কা হিক্কা কপ্লি! থোইম্বু তৌকম খঙদনা লেপ্পুনা লৈ ) ।

তোম্বু — নিংথৌ পম্বা য়াংবনে, লৈবাক য়ানা মুবনে, চিংঙু লাইপাউনা কনবনে পাম্মু নঙবু নুংশি নুংশি শেংনবা তাবেদকো। নিঙোল শক্কা পাম্মুগী নাপংদা থেংথিব শিঙেল নাচোম অদুবু হৌজিক ফাওবা লৈরাং কৈচু ওনদ্রিবরা? লৈরাং লৈমন চল্লবদি অরা তুরৈ চল্লে, অনং টরৈ লাংলে পাম্মু নঙবু কৌজবনি পাওযেন্নথিবদু চিংঙু শারম থিবনা কনথিবনা শিঙেল নাচোম য়াংবি কাউরবরমে থোইনু।

থোইনু — নুংশি কায়না মৈচাক্কা থম্মোম রায়না চাক্লিবা ইযেম্মগী অবাবসি ননাই থোইনু য়েংঙমদ্রে। ( অহোংবগী মতৌগুম মতোমদা হঙং হন্দা চংতুনা মৈচাক থাঙদিরেদা লৈম্মে থাবগী তোরবুংগী তাঙোই নুংশিংনা পুরকনা মমাঙদা তাবদু খুনগংলগা তাঙোই য়েংদুনা ভেংথানা ঈশৈ শকই )।

লমলেন তোরবুং লমজাউদগী

মালং মংঙওইনদুনা

শেম্বি তাঙোই নঙনা পাইয়কপবু
পাম্ব্ মপাউ পুবকপরা
মুংশি পাউখোলবু লাকপরা
খোঙ্নাইদবী ইতায়োই
চিন্নাইদবী খোয়নৌও
নপাউ শেংবিয়ুগবা ইতায়োই।
( হায়না হিক্লা হিক্লা কপপি )।

তোন্ - নিঙোল হৈনা ইতুংদা পাম্ব্ মানা খোঙদোইরক্লদি নিঙোল শক্লা পুকমেন পাওমেন্নবিয়ুকো' চান্নবী। নিঙোলনা পাম্ব্ মকাদা য়াওরৌ শজি পোংতপখিবা নুংশি মেতোন য়াওরৌদু নিঙোল নাক্তা য়োঁহনবিরকউ পাম্ব্ চেংলৌ য়েংবগুম য়ে'জগে টিঙোয় পাউদমবিয়ুকো খোইন্।

খোইন্— কেগে লৈমরোল নিংথিবী নহাক্লা পম্বৌ মোংবা মরানয়াইদবী খো'কাপ নাওরৈ থাংগ্রগা হাংলবা নিঙোল কাদা ননাই থোইন্ কররম্না লৈহৌগনি। ননাইম্বু ইবেন্মবী হৈনা নতুং ইনজগে।

তোন্— খোয়নৌ শকপী থোইন্। নিঙোলনা লৈমা নিংথৌ কোক্লা খোংকাপ নাওরৈ থাংবদি নংঙাই য়াইবী মরাং কায়নবা নত্তেদো। তেনরা কৌবী পোম্বীনা উত্তং অক্লাদা মখোঙ পরৈ চন্দুনা পোম্বী য়েংলোমদা লোইমোম. কৌগৈ খিল ওইরোমদা তম্না চেংগৈ খিল্লবম্বু চেক্লা লক্তা ভিননিংবনা

পোৎী ককভাওনহুনা খোংনা লাউনা কপপগুম কগুশিন্না নোকশিন্না রাদশিন্না খুংভাইশা লৈরুগদৌরিবনিনে খোইন্ ।

খোইন্ — অরা ন্ংঙাই খুদিংদা ইবেম্মগী নতেঙ পাংজগে ।

তোন্ — হৈনা ইতুং ইনগে থম্নবন্থ লমলেন তোরবুং লমজাউদা রাওরৌ শারম থিখিবা পাম্ম্ মানা হল্লকপা কাওবদদি নিঙোল ইরানয়াইদা লৈখোকো । নঙ ঐ লৈত্রবদি মাগু মাগী মকমদা ক্ষেগে মোইরাং কনানা নিঙোল ইপাউবু তম্বিগনি । ( লাইজিংলাকপী চঙলকই ) ।

লাকপী — ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা ! হৌজিক কাওবা চেংহি শম্বাল লাং উতি শমখোং তেংত্রিবরা ? নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংনা পম্মৌ শুমাং মথৌবোম দোলাই লেংজাউ থাহনা ইমোম নঙবু ঙাইহনা লৈহৌরে । রাংলেন মতম রায়রে তোয়না তক-শিন্নক্লেনে লাংলেন !

খোইন্ লোইঙরগে অপোকপী ( লাইজিংলাকপী চংথি ) ।

তোন্ — ( তারবুংলামদা ওল্লগা ) রাংলেন পুংজা কানা পাম্ম্ নঙবু ঙাইবা ঙম্মাইদৌরেনে ননাওনা । তংতনা হুমলিবা মালংবা ! নিঙোলগী অরাবা ইপাউবু লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংগু শারম থিখিবা পাম্ম্ মাগী মকাদা তম্বি-রুকো । (খোইন্দা) অরা ন্ংঙাই খুদিংদা ইঙেং পাংকরবী খোয়নৌ শকপী চাম্নবী ! নিঙোলনা কোরৌ চুপ্প শেমজবা শিঙেল লৈরাং নাচোম থমজরমগে, নিঙোল শক্লা পাম্ম্ মকাদা পাবিন্নুকো ইতারোই । (হায়না তোন্ খোইন্ কপম্নিৈ) ।

# তরাঙ্গরিশুবা উৎপা

## তোরবুং লমঙ্গাউগী উমং মতম নুংথিল

( কদেং মশা চোকথনা লাক্লগা হুমাং তেথোক্লমা ফমথৈ )

কদেং— চিংঙু মানা কুবিহুনা শানৌ ইনেম্মচাগী পোৎতপ য়াওরৌ শজি ফারে, চিংঙু শারম চামাস্থু শুরে।

খোংমী— ( চঙলক্লনা ) অঙম্বা! য়াওরৌ শজিহু ময়াদা নাপি মকা অমত্তা চিকউ য়াদহুনা তোঙাম্না থমজরে।

কদেং— অহুদি তমুম! নখোয় পুম্নমক কোরৌ চুপ্পা শাকা রাঙম তম্বগী অরা হুইজোং লাংলুবা ঙাইহাক মালং ইচিক থেমজরুরো। ঙসি কোরৌ নোংদি মালেম মমশিল্লক্লবনিনা লমদম অসিদা লমদম্লসি। হুয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদা চিংঙু শারম পুহুনা ইয়ুম কেগে পাংলসি। চংলো তরা থৌরাংলুরো। এস্থু রাংলেন ঙাইহাক খঙোন হকচিক লাংথিগে। ( খোঙমী চংথি ) মালং নুংশিং মাঙওইননা নুংশিরবা লৈরাংগী লৈনম লাক্লিবা অসিবু লমচেন কৈদগী ওইরিগনা। (ঙাহাক রাখল তৌই)।

কদেং— শিঙেস লৈনম ফংবদা শানৌ ইনেম্মচাগী লৈরাং নাচোম নীংশিংলকই ( নাচোম লৌথোক্লনা য়েংবদা লৈমল চল্লহু উবদা ঙক্লনা ) লৈরাং লৈমল চল্লবা। ( নাচোমদা মুম্না য়েংবদা মনিংঙা তোন লাইজিংলেম্বী উরকই, পাওমেম্নথিবা মম্নাহৈশিংহু নিংশিংলকই )।

তোম্বু -- ( মপান্দগী ভাঙলকপচু কদেংগী মনাদা ভাই ) ঙসি কোরৌ নোংদা মুংশি নঙগী নাপ্পদা খোয়নৌ ইতা শক্লবী শিঙেল লৈরাং নাচোমবু থেৎচগেকো মনাওমা। মুজা ওইবী মপোক্পা পাম্ম্ খোঙলোয় য়াত্রবম্বু শিঙেল নাচোম অসিনা মুজা ইহুৎ শিল, পাম্ম্ নতুং ইনম্রগেকো। মাগু নহাক্পা শিঙেল নাচোম উরগা ননাও য়াওরি থনবিয়ু। শিঙেল লৈচু ওন্দবা লৈরাং লৈমন চন্দবা চিংঙ্ থাংজীংনা কুবিসন্। কৱিগুম্বা শিঙেল লৈচু ওম্লবা লৈরাং লৈমন চল্লবদি অরা তুরৈ চল্লে, অনং ইরৈ লাংলে পাম্ম্ নঙবু কৌজবনি কাউবিগন্‌কো পাম্ম্বা।

কদেং--( মুংশা মপী হোম্দুনা মুংশাথীনা ) পাথং হৈনা ইতু'দা মুজা মাবু অরা তুরৈ চল, অনং ইরৈ লাংলব্রা ? চিংঙ্ থাংজীং কোয়রেল্লাই খোয়ুম নঙনা কুবিদুনা নুজা মহ ক্না চংবী লা-তোম অক্তা য়াতাক্রিচৈ মিঙোলগী পোৎতপ য়াওরৌ শক্তি অসিতদি ... ... .... ( হায়না মথুৎ লোক্লদুনা থুকমপা ফিংনা হৌগৎলি ) ।

...: কিজং :...

# অনিশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

### নিংথৌগী অচিকপা কা

( তোম্বু মথরায় মুংঙাইতনা ব্রাখল ভৌদুনা ফমই । খোইম্বুনা মনাক্তা চগুলম্বগা খুকম্মী ! তোম্বু হৌগৎলগা খোইম্বুগী মথুং পায়দুনা চিংশিল্লগা ফমহল্লি )

তোম্বু — অচানবী । নিংথৌ কোন্দা কায়দোংসা নিঙোলনা য়োকচবা থবাম্ব চেক্লা মানা লমদম তাম্না পায়থিবনা চেক্লা মশক উনদনা পোম্বী হৈনা মতুংদা কৈমকোন্দা য়োম্বক্লেদো। নিঙোল হৈনা ইতুংদা নিঙোল নাম্বা ইয়োংশঙ চেক্লা মাবু পাইরকপ্রা ?

খোইম্বু — ঐবু লোইবী ইবেম্মা, লিঙ্গাই লিকথাং অখোইবী ! মশাইনা করম্না য়ারা পাউদম্মল্লিগে ?

তোম্বু — (নাক য়েংতা য়েংলগা) অচানবী ! চেক্লা মশক য়েংনিংবনা পোম্বী মপাউ তানিংবনা পায়মা খোম্বরাংলে। চিংনা পরৈনদনা য়ারা পাউদম্মুবা।

খোইম্বু — তাইবং চুমথুল তানথবা অহৌং ইচিক হরকপ্পা কোয়ৌ থবী খাজম্বু লোইবী চীংবী নাচোম্বম থম্ব ফিরুক খুনলকবদা পত্নৌ য়োংনা করাম্বাই নিঙোল নাম্বা। ইয়োংশঙ, পলেম তাথিনি মতাগুম শাম্বৌ হওথিনি

থোইম্বু — মওংগুম মীয়বা চেক্লাগী খোঞ্জেলনা য়াকায়রকই। ননাই থোইম্বুনা থোংজি নাভৈ কাংলগা চেক্লাগুম চিন্দিনা নিঙোল নপাউ তম্বদা চেক্লা মতুদি ইপোন পোল পোম্বী মঙক্তি ইচোই চোই মিংলু তরং ঈরাহৌ নিঙোল কোলোয় মিং-লেম্নরম্নগা চেক্লা শাথপ তমখিদো।

তোম্বু — ওক্লে তোক্লো অচানবী! য়ারা নপাউ তারগা পায়মা মুংদা অরা থাম্বী মৈরায়রক্লে। (তোম্বুনা শোর শাংনা হোল্লম্নগা জ্ঞান মাঙহনা তুথরকপদা থোইম্বুনা চঙশিল্লগা ঙাকই। মতমসিদা মনাইম্বুবী অমা চঙলক্‌না খুরুম্মী)।

মনাইম্বুবী — ইনিংথৌগী য়াথং তুংইম্না মপুগী য়েংকী য়েংথাং ওইরিবা মদাইরেম কদেং থাংজহনবনা লমলেন তোরবুং লমজাউদগী কারকপা য়াওরো শজি অমতং খোংঙা ওইনা কৎচগে অদুদা খোংকাপ তম্নক্লি। (কদেংগী মমিং পনবদা কোকচাউবী কাই, মমিং তথক তথকই ঙাইহাক রাখল তৌরগা)।

তোম্বু — লিক্লাই পাম্বোম ওইরিবা অঙম্বমা খোঙদোইবিরকপদি য়ামজেম ইরাইবক ফবনি চিজোয়নজরকই য়োইদম পাউ-দমবিয়ু। (মনাইম্বুবী খুরুম্নগা খোকখি। কদেংনা শজি পুহনা চঙলকই, মথোয় অনি উন্নবমক্তদা মুংঙাইনদবা মিংয়ে:না ঙাহাক য়েংনরমলগা লুকথনৈ, তোম্বু মমিংতা পিগী ঈরা চেল্লি)।

কদেং— কেগে লৈমরোল লুচিংবী লিক্লাই লিকথাং অথোইবী ঙসি কোরৌ নোংদা কদেং থাংজহনবা ঐনা লমলেন তোরবুং লমজাউদগী চিংঙ্ শারম থিবদা শাফা রাঙম তম্নকপা য়াউরৌ শজি অসি খোংঙা ওইনা কৎচরি। (কদেংনা শজি পুন্নিবা থৌরি লিতোল লানশিনবদা থোইমুনা থৌরি পায়রগা চিংশিনলি, কদেং মথরায় শোক্লা য়েংলম্নগা চৎকে তৌবদা)।

তোন্— চিংঙ্ নোংদমখোলনা কনথিবনা রাংলেন থজিক শোয়নথিবনা অঙম্বা নফমদা মতিক চাবা য়াওরৌ শজিগী কাউজ মমল পীবা ঙম্মোইদৌরে। ঙসি কোরৌ নোংদা ঐগী লৈজরিবা ইরলদি মিৎলু তরং লাইজ অসিদা মঙাইজরে।

কদেং— (হন্না য়েংলগা) চিঙোয়নবিরিবা য়ারা অদুনা কেগে লৈমরোল লুচিংবীগী মতিক চাবা রারানি। (কদেং মথরায় হুংঙাইতনা চৎথি। তোন্না মানা চৎথিবা মায়কৈদা য়েংলুরগা জ্ঞান মাঙহনা তুথরকই, থোইন্না ঙাকই)।

---

# অনিশুবা উৎগা

## লমহাং

( কদেং কদাং রাগী শাতুবা লাকই )

কদাং— পাথৌ ইবুঙো ! কেগে কংলা থৌগারক্তবা লোইদাম থাবুম অহুম ফাজিল্লক্রে। লমলেন কৈদা খোঙশাল্লবগে পাথৌ ! ( কদেং খুমদনা মরু লুক্কুনা লৈ )।

কদেং — পাথৌ ইবুঙো ! লমলেন কৈদস্থু খোঙশান্দে। ইয়ুম মোংবা ইরানয়াইদা লেঙদনা সৈ।

কদাং - কোকপান থোংবু চিক লুপান থোংবু নাতুনা তৌরাং ফক্তা য়'তাবরা ?

কদেং— পায়মা খাম্বী মৈশা লাংবনা তরা চাবা খোয়জংদা খোমলেন য়াতাবস্থু য়াদনা রানা পুন্সি লেল্লেদা পাথৌ। পায়মা তুংগী অরাবসি থঙবিনবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা কনা উরক্রেনে পাথৌ।

কদাং— পাথৌ ইবুঙো ! তাবু নুংগী চরৈগুম পায়মা রাথল থুপচাম্নবিগনু। পাথৌ নতেঙ পাংনবা কদাং হিংলি পায়মা নুংদা করিগী চিংনবগে ?

কদেং— পাথৌ নফমদা করিগী পায়মা য়ারা থুপচাম্নগদগে। পাথৌ নহাক্না ঐগী শয়েং পাম্বোম ওইরিবৈ কেগে মোইরাং কনানা কদেংবু লাকচা খুতুম চনগনি।

কদাং — পাথৌ ইবুঙো তাবিয়ু। ঙসি কোরৌ নোংজেনদা পাথৌনা পায়মা য়ারা কিগৈ শেংবিক্রবদি শরিসো

চিংঙ্ মানা খঙসন্ কদাং ইরানয়াইদা হনথরোই তরাং চাকস্থু চাথরোই ।

কদেং - পাথৌ ইবুঙো! কনা মস্থুংলাংগীদমক্তা কদেংনা অরা তুরৈ চনগদগে ? মিৎনা য়েংলে মিৎ নামুংবা খুৎনা থিল্লে খুৎ নামুংবা শুগন্ তুম্বী য়াংকোন শেলৌ লোই য়ৌবা য়ারা ওইবনা পাথৌ নফমদা চিঙ্গোয়নবা শুমদবনি ।

কদাং -- কাইরেন থাগী থানিনদা য়াওরৌ লাং থাক্ত্না চেক্লা মাবু কাজরগা নংশি লংলানা চেক্লা মথোঙ্ পরৈচল পাম্ পোন্দা য়োকচরম্বা পোম্বীবু কেগে লৈবাক লৈচাউনবনি পাথৌ হৈনা নতুংদা নংশি কত্রং থদৎতুনা চেক্লা কাহ্নুনা মপু কেন্দো য়োকখিবী লৈমকোন্দা চাক্তাখিবী নশানৌ মস্থুং লাংগী নত্তবরনে পাথৌ ।

কদেং - চিঙ্গোয়নক্লরগা কদেং কোলোয় হেনগদবা লৈতেদো । নংশি মাগী মন্তংলাং ইকায় চরৈনখিবনা ইয়ুম কেগে মোইরাংদা কদেং য়াইবী হিংহুনা লৈবা ভম্মোইদৌরে পায়মা নংদা খনজরে পাথৌ ।

কদাং— চুম্মি পাথৌ ইবুঙো পায়মা থোয়দাকম থোক্কে চিংঙ্ নোংদমথোলনা কনখিবনা থোকপ্রবনি থোকপ্রসন্ । কদাং ইত্তিক্তি ওইদে ইপাদি চাদে । করিগুম্বা চিংঙ্ মানা কুবিহুনা নশানৌ ননেম্মচা তোন্ লাইজিংলেম্বীবু পাথৌ নরানয়াইদা পুরকপা থোক পাথৌনা শিঙেল লৈমনদি

লৈরাং চিন্নথাক্লি পায়মা নুংদা চিংনগদবা লৈরবদি কদাং ঐগী শামা পাঙল থোক্তে। পায়মা নুংগী য়ারা অমত্তদি খঙজনিংঙি পাখৌ।

কদেং— পাখৌ ইবুঙো! লৈরাং চিন্নথাকনি পায়মা নুংদা চিংনগদবা নত্তে। কদেং ইরমগীদমক লিক্লাই খুয়া খাদা লংলা লংজিল চিংথোকপা পামজদেনে পাখৌ। হন্দক্কী মপোক অসিমদি চাদ তাউজিং হৈরাংগুম মাঙজখসনু।

কদাং— পাখৌ নঙনা মাঙবদি কেগে মোইরাং লৈবাক্কী পাঙল ময়েং তাবনি। নশানৌ ননেম্মচাপ্পী নুংশি পরৈ খুপচিন্নখিবা লিক্লাই খুয়াদা হঙ্গংলগা নুংশি পরৈ হঙ্গরুগে মপু পায়মা উনগোইনুং কৈখা থাবা মনাইনি খন্দুনা নুংশিবিরম্নবদি য়ামজেম ইরাইবক ফবনি। করিগুম্ব থওইবিদ্রবদি কেগে লৈবাক্তা নামা লেপসনু কদাং ইরোমদোম ঙম্মে কেগে লৈবাক লু-নাউ ওনগে, ঙমদবা থোক্লে পাখৌ নস্নুংলংগীনি য়াইবী থরায় পাম্মুখরোই। হয়েং কোয়ৌ নোংজেন্দা মপু সনা মাঙদা য়েংনা লৈবা পরৈ য়েংনা হংল ওইনা লৈবা পরৈ ওইনা হল অকাংবা শরোই থিংনা মপু সনা য়াথং নিরক্কে।

কদেং— পাখৌ! (হায়না মথোয় অসি নুংশিননা কোমৈ)।

---

# অহুমশুবা উৎগা

## নিংথৌগী অচিকপা কা

( কদেং থাংজহনবনা কংলম্বা নাকল অমদা কদেং অতোপ্পা নাকল্দনা তেংনু য়েকপা থাঙশাং অমু থাঙথুম হাংদোক্লগা নিংথৌগা কদাং ঙারুংহনবগা য়েংশিন্নদুনা লৈরম্মী। ঙাহাক য়েংলগা থাঙদু কদাংদা পী। কদাংনা থাঙথুমদা হানজিল্লগা ঙাহনা থম্মী। নিংথৌ কমফমদা ফমদুনা মরু লুক্কনা ৱাখল তৌই। ঙারুংহনবা নিংথৌ খুকম্লগা খুরু খুদক কুন্দুনা লৈ )

নিংথৌ—ইদাইরেম ঙারুংহনবা! ( ৱা মখা তাদনা কদাংদা মুম্না য়েংই )

কদাং— ইনিংথৌ।

নিংথৌ—নিংথৌ ঐগী ইকমদা ইদাইরেম কদেং থাংজহনবনা কংলগা ৱাকং থাঙলেন অসি য়েংলগা নত্তাও কদেংগী পায়মা মুংগী য়াৱাদু খঙলবদি কিগে শেংঙু অচানবা।

কদাং— ঐমু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ! য়োল্লবদা কনবিয়ু, লাল্লবদা ঙাকপীয়ু পাথৌ কদেং থাংজহনবনা শিক্লাই খুয়াদা চাম্মরক য়োল্লবসু কেগে লৈবাক্কী অৱা অনা শরুক য়াজরক্লবা ইনিংথৌগীদমক্তা য়াইবী মথৱায় কংগ্রবা নদাইরেমনি খনবিদুনা লাল্লবা কাদা ঙাকপীগনিদো ইনিংথৌ। মতম সিনা তোঙু থোঙজিন মরুমদা লোম্না তাই।

নিংথৌ—লৈবাক নিংথৌগী মাইকনবা কেগে লৈবাক লৈচাউনবা চিংঙ্ শারম চামা কৎচগে, ঙমদ্রগা য়াওরৌ শাহুৎ শিন্দুনা কদেং য়াইবী থ্মজগে চিংঙ্ থাংজীং শন্দুনা কেগে কংলা পুংময়োল লৈবাক মীয়াম মমাঙদা শরি পঙ্গোল্ল লোমলগা লমলেন তোম্বুং লুমজাউদগী য়াওরৌ শারম চামা শাক্কা রাঙম তম্বা শাকংহনবা মাপী মথৌনাবু করম্মা কাউগনি অঙম্বা।

কদাং— ইনিংথৌনা চানবিবা মুংশিবিবদনি।

নিংথৌ— ইদাইরেম্মা চিংঙ্ শারম কৎলমলগা কংলা উত্রা শঙ-লমথৌদনা শাগৎহোঃ তাঙ্কোংবা য়াওদনা কেগে কংলা থৌগাই-রক্কবা লোইদাম থাবুম অহুম কাক্কিনজে।

কদাং— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! চিংঙ্ শারম কৎলমলগা পাপৌ কদেং থাংজহনবদি অনা লাইওং থঙদনা তৌরাং কক্তা ওল হেক্লে নাহে চথিবা লৈবাকী অমাই-অমাইবীনা ইয়াৎ চাবান থাহুনা চিংঙ্ থয়োম লাকনা লাম্মেংথদা লাইথাই তাজ্রে, লায়েংবা ঙমজ্রে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— অনা লাইওং থঙদনা পান্দা লায়েংবনদি মুংগী অনাবা কথা ঙমলোই ইদাইরেম!

কদাং— ইনিংথৌনা তাকপিরিবসু অচুম্বা য়ামানি। নদাইরেম কদেং থাংজহনবদি লৈবাক নিংথৌগী মাইকনদা চিংঙ্ থাংজীং লাইবু চেম্বা থাগৎপ্রগা কোরৌ নোঙ্গালমথেমগী উনবি

পুক্লিং লেপখিবনা চাদ থক্তনা খোঙ্ঙংকহনা য়াইবী হাম্বোইন-গদবা মিয়েল হামচংনগদবা য়াংলেন মতম ঙাইহনা লৈরবনি ইনিংথৌ।

নিংথৌ - নত্তাও কদেংথা উনবি পুক্লিং লিক্তিরনা চাম্বা নক্তাক্লি। চিংগু থাংজীং লাইবু য়েংলগা য়ারা নপাউ শোংগু কদেং মানা কংলম্বা থাঙ্গলেন অসি অথৌবা মহুং শিন্দুনা থাঙ্গলেন মরোল লোল্লি। পায়মা য়ুংদা চিংনহনা য়াক্লং থাঙ্গলেনগী য়ারা শেংদোকউ। নিংথৌ ঐগী ইকমদগী ইদাইরেম মানা পাম্বা কল্লিনো ?

কদাং— ইঙ্খিংথৌ ! (হায়রনা মকোক নোক্লগা খুন্না ওমদনা মরু লুক্ননা থেপ্রবদা খোঙজিন্দা লুমহনা তারীবী তোম্বু খোরক্লগা মপু খুয়া খাদা খুক্রমলগা হিক্লা হিক্লা কপলকই )

নিংথৌ— কেগে লৈমরোল লুচিংবী। পায়মা য়ারা করি লৈবগে ? চিংন পরৈ লৈত্তনা নিংথৌ ঐগী ইকমদা চিনখাম য়াকা ওমজৌ।

তোম্বু — লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ ! কেগে কনানা মোইরাং কনানা লৈবাক য়াম্বাবু লুনা থল, অদোম য়াম্বাবু লাইমা থম, কেগে লৈবাক মৈচাউনবা মোইরাং তাহোং চাকহোংনবা লৈবাক নিংথৌ য়াইকনবা চিংগু লাইপাউ কোক্তথোং মপু য়াথং নমদপো, য়াওয়ৌ শায়ম থিহনা চিংগু থাংজী দা কংখিবা নদাইরেমসি শম্বিহনা য়োক্লমদা কনক্লিয়ু নাম্বুবদা তাকপিয়ু ইঙ্খিংথৌ। লাইবকচাউবী ঐহাক্লা অরাং মৈচাক চুংদফুম

তোম্বু—কায়না ৈমশা লাংহুনা কপসি কপঙমদা কপ্তুশিন্না নোকশিন্না য়াদশিন্না মুংঙাইশা লিক্লাই লিকথাং ওই, লৈমাশিংদা চন্দুনা শমলাং খুরৌ য়েৎ অন্না তুরৈ চল্লিবসে অখোবা মস্তুং লাংগী নি ইনিংথো। (হায়না কপ্তুনা হুঙ্গৎলকপা য়াহু ভাবদা নিংথো ওক্তুনা তুম্মিন্না য়াখল তৌহুনা লৈ।

নিংথৌ— কেগে লৈমরোল লুচিংবী, লাইবকচাউবী নহাকপু লৈমশিংদগী লৈচাশেং ইদাইরেম কদেং থাংজহনবগী মগাইদা থায়বনি। মুক্তা নগুং লাংগীদমক্তা তৌরাং ফক্তা ওল লুতুং খোইবাকশা হেদো নাহে চন্দুনা চাদ থক্ত মক্তনা অরা শোয় পাবোৎ লোন শিবা মচেৎ থাঙনা লৈরিবা নশাবি কদেং থাংজহনববু অনা থরাই লাইকন্নহুনা য়াইবী মথরাই কল্লুচো। ঙসি কোয়ৌ নোংদা লাইজিংলেম্বী নহাকপু ইমোম শক্লা অওং অউন তমহুনা ইদাইরেম কদেং থাংজহনবদা থাজরবনি। মুয়া পায়মা মুংদা চিংনা ঈথক ঈপোম লাংলগমু; নিংথৌ ঐগী য়াথংনি।

তোম্বু— ননাই লাইজিংলেম্বীদি লৈমশিংদা চল্লবা তাঙজিং হৈরু পানখিবা হৈয়াং মমি তমখিবা লোইদাম থাবুম অহুম ফারক্লে। মপুগী সনা লিক্লাং পয়েংদগী চোইখিবা সনা লিক্ল অসিবু করম্না য়াংদৌ লমখাংদা মাঙহল্লসিগে। লাইবকচাউবী ঐনা পায়মা য়াখল থেন্দুনা চিঙ্গোয়নরোইদবা য়ারানা মাঙওইনা চিঙ্গোয়নগদবা য়ারানা তুংওইনা মপু খুয়াদা লংজবা ইয়ান খিবিকপু নচা ননাইনি খনবিহুনা অয়োল অরান ঙাকপিয়ু।

নিংথৌ—লৈমরোল লাইবক্কচাউবী ! পা্য়মা মুংদা করিগী চিংনরিবনো ? সনা ঈনা ঈহুলতম মোমম্বু ঈনা ঈপাল লাং, লিক্লাং লক্কগী চোইখিবা সনা লিক্লু অহেনবা থাংগু থক্তা মাঙফরোই। মুরা নঙগী নরলনি খন্না চরৈ ফিনা কিয়োমশা মাঙদনবা ভাক শেনগদবনি। কেগে লৈবাক খঙনা কদেংগী রাকং থাঙলেম্না কেগে কংলা মুম্বীদা কাউদ উরাই হকপঙুম থাঙকম অহুম হক্কনি।

কদাং—( হরাওনা ) মপু সনা য়াথংদি কোরৌ নোংদা কাকদে, মালেম লৈদম্বু তাকদে, চরৈ কিগাউ শানা য়াজরো লাইজিংলেম্বী।

(কদাং তোম্বু অনিনা নিংথৌ থুরুম্মী। নিংথৌনা হরাওনা মথুং থাজংলি )।

লোইরবা

